গিরীশ কারনাডকী



# হয়বদন

এলাংবম দীনমণি

গিরীশ কারনাডকী

# হয়বদন

(কোকশগোল)

হন্দোকপা

এলাংবম দীনমনি




১৯৯২ দা অহানবা ওইনা
অম্বিকা প্রেস খোয়াথোং
ইম্ফালদা লাইরিক
মশীং ৫০০ নমথনা
হন্দোকপা মশানা ফোঙবা

লাইরিক অসি ফোঙবদা মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমীদগী শেন্দং ফংই অহুগা অক্সফোর্ড য়ুনিবর্সিটী প্রেস দিল্লীদগী য়াবে হায়বগী মরোল লৌই।



মমল
লুপা নিফু

[ Hayavadan (Kokshagol) —A Manipuri translation of a play by Girish Karnad ; Published by the translator ; Printed 500 copies at Ambika Press, Khoyathong Imphal ; 1st edition, 1992 ; Price Rs. 40/- ]

# ৱাহৌদোক

'কোকথংগোল'নি হায়দনা হন্দোকচরবনি য়োংকোক মানখিবশু কনানা থংবা। ককপগা শিনবগা হায়গা কেৎথোকপগা নমথরিক্লৈহৌদা নত্তে হৌজিক ফাওবদা লোইরি; পুন্ডশেম শেমদোকপা অহুম য়ারি। মসিনি হন্দোকপগী চৈথাক নত্রেগা মনা অসি। অপঙ থৌনাগী লফুং অসিনু মথেল অমনি। মণিপুরী ড্রামা অমদি থিয়েটরদা শিন্নজরি।

গিরীশ কারনাডকী কলমদগী থোকলকখিবা লীলা অসিদি অশেংবা ভারতকী লীলা-ঈচেলদা অনৌবা মহাউ অমা পুস্লনা লাকখিবনি। ইতিহাসকী ওইবা নাক-য়েং অমগা হৌজিকী হকথেংনরিবা ফীবমগা, অনীগী মরক্তা তাইবং লীচৎকী ওইবা মুক্তম অমা পুশিন্দুনা হুংগী পুন্সিনু শক্তম পান্দুনা য়েংবা লাম্বা লীলানি। মপাম্বোংগী মচু মথল মথলগী কুম্মোয়া নীংথিনা য়োমহুনা থম্মিবা থমোয় অমদি পুক্নিংনু হৈন হন্দুনা থিবদা ফংলকপা অমদি থেংনরকপা অচুম্বা অহু উৎকে হায়বগী অপাম্বা অমা ঈরোয়নবা থৃৎইনি। ভোগ্তোপ ভারবা প্রোলোগ অমদি ইপিলোগ অনীনা মপান চনবা অদুগা লোক নাট্যগী মচংনা মরক্তা ফেনবা চাংয়েংগী মওংদা থবা লীলা মথল অমনি। লীলাগী লমদা অনৌবা মহাও পীবা মচলনি।

হিন্দীদগী হন্দোক্না ফোংগে হায়রুবদা থৌইনশিন পীবিরকপা কলাকার গিরীশ কারনাড অমদি নিয়মগী মতুংইন্না য়াবগী ময়োল পীরকপা ওক্সফোর্ড য়ুনিবর্সিটি প্রেস, দিল্লীগী ভৌবিরল কাউজরে।

ইম্ফাল
জুন, ১৯৯২

এলাংবম দীনমনি

## অয়াওবা মীওই

(ফম্বাক্তা অহানবা ওইনা খোরকপগী মথংমনাওদা)

| | |
|---|---|
| ভাগবত | অশম্বদা ভা |
| নট-১ | |
| হয়গ্রীবদন | অশম্বদা হয় |
| দেবদত্ত | অশম্বদা দে |
| কপিল | অশম্বদা ক |
| পদ্মিনী | অশম্বদা প |
| দেবী (মহাকালী) | অশম্বদা দেবী |
| লাইধী-১ | অশম্বদা লা-১ |
| লাইধী-২ | অশম্বদা লা-২ |
| নট-২ | |
| অঙাং | অশম্বদা অ |

(দেবদত্ত অমদি কপিল শাবা মীওইনা নট-১ অমদি-২ শাবসু য়াই)

# অহানবা তথ্বায়

(ফম্বাকী মঙ্গায়মক্তদা চৌকি অমা থাই, মথক্তা গণেশকী মকোক অমা থিল্লি। গণেশ থুকম্বগী থৌরম পাঙথোকই)

## ঈশৈ

জয় জয় হে শামুকোক থিনবা
তুরৈ-ইরৈ কোকহনবিবা
তীক-ঙন পুথৈ হৌকম ওইবা
লৌশিং মঙাল পীবিরিবা
মহয় পুম্বা য়াল্লহনবিবা
অহান' ভাবোক ওইবিরিবা
লীলা ঙসি পুথোকচবা
লৈহনবিয়ু থুরৌ চেনবা
হৈথবিয়ু য়াইক' পুম্বা

( পূজা লোইরগা গণেশ-মকোক অহু পুশিনখি )

ভাগবত—অপনবা অথীংবা পুম্নমক মাঙহনবিবা, নীংবা থুংহনবিবা, শক্তি লৈরবা, পুম্নমককী ওইবিরিবা শমুকোক্লেননা লৈত্তেংলিবা ইবুংঙো মহাকপু থুরুমজে, ঙসিগী লীলাসে মঙ্গল ওইহনবিয়ু। চাউগোন কোল্লিবা, পুম্বুম তারিবা নাত্তোনহুগী মগুণ করি হায়না শীংথাগনি ? কোকমথৈনা শামুগী, হকচাংমথৈনা মীগী, য়া-য়াখোঙথেংনা তেকপা, পুক্না তোরা চাউখিন। খোঙদৈ তোন ফাওবদা পুম্বুম তানা মপুঙ ইফা ফাদবা কায়াৎ—মসিনা শক্লাইদবা করম্বা মওং অমা তাক্লিবা। মীওই লাল্লুপ ইচা চাদবা মহাকপু অপনবা কোকপিবা লাইনি হায়না

নীংনরুরিবসিনা করি করম্বা অথুপ্পা ওইরিদগে ? ঈশ্বর মাগী লীলা কনানা খঙভুবা ঙমগনি। য়াইফ-মঙ্গলগী মশক ওইরবা অ ছকপা খুৎশেম অসিনা তাবদি তোঙান তোঙান তারবা তাইবংনা মপুম ওইরিবা ঈশ্বর মহাকপু উরুবা হায়বসে ওইর-রোইদবা য়াফমনি হায়বসি ওইরে। উদৈ তা'মুক পঙঙবা ঐখোয়না ঈশ্বর মাগী অথুপ্পবু কমদোনা কোঙভুনি ঙমন্নু ঙম্মোই; ইখৌন্নু নত্তে। করে, কায়দে; শামু কোক্লেন মাবু পুনেম্মগা লীলাহুম হোনবা তৌরসি।

ধর্মপুরী কৌই লৈবাকসি, নিংথৌনা ধর্মশীল, অফাওবা নিংথৌনি। হায়বিবা লৈবাকসিদা লৈবা পাখং অনীথক্কি লীলাসিদা নায়ক ওইরিসে। অমনা দেবদত্ত শর্ম্মা কৌই; ঐগামচাসি ময়াদা মৈ হৌবা পণ্ডিত ঐগা বিদ্যাসাগরগী অমত্তা পোকচবা মচানি। মরৌশিং চাউই, মহে—অযোবীনি; মশক-মতৌ কামদেবদ দে সিমঙাই, ফজে। কুচু ঙৌই; মঙাল তাই নহাদো। সুংশি লাম্বলদা অহুগা ন্যায় শাস্ত্রদা-মবে-মহৈদা মাইগৈ মাইগৈগী পণ্ডিত কয়া কয়া মমায় খু-প্রবনি। কাব্য-সাহিত্যগী লমদম্নু মহাকবি কয়া শৈববেল কয়া মমায় ঙাঙপ্রবনি। ঐগা দেবদত্ত শর্ম্মা ধর্মপুরীগী ফিজ্জি-ললদোনা লৈজবনিমা। অতোপ্পা অমহুনা কপিল কৌই। সনাকোহুংগী খুৎলাই-শঙগী য়ুম্বীরেলনি; অথোবা লোহিতকী মচানি; কৈদ-কৈনি, তোকপা নত্তে। ফুয়না হৌরকপা নোংলেনগুম শংবাননা মুই, শাবান-সুংবান চুঙ ফিরান চায়, য়ুমগী থবক ইঙখাংদা মীথোই মীহেল্লি। লাক্ক-ফানবা, পনজা থেক্লবা, মল থেংনবা, লাংয়ুংবা, চেনবা চোংবা, ঈবোইবা লমজেল, হৌগৎফমথ, চেনজোং-মাঙজোং, থকচোং পুন্নমকত্তা মাগুম্বা য়াওদেম্মা!

(মসুংদা কনানো অমা কি-না লাউরকপা তারকই। ভাগবত লকক তৌই। নাক-য়েৎ হাইকেৎ য়েংঙই লকক তৌই, ভকহানকই ঙাইহাক, বারী মথা চৎথৈ)

অনীসি য়াম লুনা তিন্নবা জাৎনি। অঙকপা ফ'না চান্নে। দেবদত্ত কপিল অনীনা লমজাও সোরোক্তা চৎমিন্নবদি অউবা পুন্নমক্লা রাম-লখন, কৃষ্ণ-বলরাম চৎমিন্নরে হায়না শোন্নরিবনি।

(ভাগবতকী কাওবুনা ঈশৈ শকই)

ধর্মপুরীদা নহা অনীসে,
তিন্নজৈয়ে লুনা অনীসে,
থন্নাই-হকচাং অমত্তনি অনীসে,

(মমুংদগী অমুক লাউরকই)

ভা—কনানোনে ভাওশিন্নবকইসিংবা! রসকী মতাং খওদবা শারদনা! হোংগৎলকপদা—( মচু লোমদা য়েংই ) আইমা! ঐখোয়' কাওবুংনিনা চেন্নকইসিদি। হাই! কৈদোনরগে? হা? ( নট চেনশিন্নকই। কিবনা মশাহ্নু নিকই। ভাব-মেন তাদনা ফন চোংশিন্নকই। খ্বৈজদা লৈরুবগা ভাগবততা কোনশিন্নৈ)

নট—তা-ভাগবত! তা-ভাগবত!—ইশ ... ... !

ভা—(শেত্তোকপা) কৈনোনহৈ! হৈ, মী মমাঙসিদা, সে—কৈ—!

নট—ত'-ভাগবত, তা ... ... ... ... ... ! য়েংঙোই, ঐ লে'ইবে, ইমাই ... .. অশ ... ... !

ভা—থাদোকখোনেসে! সে! (থাদোকহনবা) কৈদোরগে! খোংলকপদোনা ... !

নট—ইশ, ... ... অস! ইমাই! (অমুক কোনশিন্নি)

ভা—ভাইখোনে, থাদোকউ! কৈনো...?

(নট হম্মোক্লগা নিক্লি)

ভা—কৈনো তৌরিহুবো! ভাওব্রো! মী 'মম'ঙসিদ। ময়াম 'মমাঙসিদ মন্নাম মমাঙ খোকঅগা অহুমাইনা তৌববদি করাম্নদে—!

নট—ঐনা লাম্নবনি তা-ভাগবত; অদ .. ... ...

ভা—(ঊংনা) পাখৎখিহ্ ঙাইখোনে ! কৈদৌনা কিরিনো ? ঐখোয় 'শুক য়াম লৈরিসিবো। ভাবোক ময়াম অমম্ লৈরি—অনী ময়ী হাকাম চনবা য়াওরবম্ ; গ্রুং-গ্রুং তৌনরকঅদি মীৎ-না খংশিং শিংঙককনি। সুংশা খিকম লৈতে। কৈদৌরগে হায়য়ু।

নট—(ঘম থবেৎ থবেৎ হোনবা) ইমাই ! য়াম য়াম, ঐ লরাইগী শমসি য়ুঙঙিত্রা।

ভা—ফম্মু, ফমখৌসে। করিনো কৈদৌবনো তম্মু, হায়য়ু।

নট—কমাইনা তমদোইনো ভাব তাদ্রে তা-ভাগবত। খেংগ্রে, ঐবু, ময়াম্না পঙঙাই ঙাইনরম্মনি হায়দনা লাকএ, অদৈহৃদা ! ইশ ......

(ময়াম খুমজিল্লগা অমুক নিকই)

ভা—লাকপদা কৈদৌরবা ?

নট—হৌজিকম্ থল্লুবদা কোকচাউবী ভুং—! 'সোমদা প্র-প্রপ লাকপা। তশেংবদি ঙসাই অমুক্তু ঈশিং য়াম থকমনখিদনা পুকসি ইরুম লুম্বা। য়াই ইচিন চিল্লি অমুক্তা য়াই শংদোকখিগে হায়দনা সোরোক তননতাদা হাইথরগা ঙেক কমথরকপৈ অহৃদা ... ...

ভা—হোয়নে, অদৈ ?

নট—হেক কমথবৈ অহৃদা খোনজেল অমা লাকএ, মচীন খুমজিল্লগা সুপীনা ঙাংবা মানবা খোঞ্জেল অমনা—'হে, মীতম্বাল, সোরোক্তা তৌদৌরিহ্ কৈনো !' হায়দনা হাররকএ।

ভা—চুমত্রদো মী' হায়বা।

নট—কদোমদৈনো হায়দনা কোয়েং য়েংঙে। জীব-পানব'মকাও ঊদে। ভাবনা ওইরমাগ্নে হায়দনা অমুক কমথৈ। অমুক লাউরকএনে।

ভা—অঁ, করি হায়না ?

নট—'হৈ। মীথীবোং ননা পাগ্রো ! লংখেলদা লাং-কাং তৌবা য়াদে খঙত্রো!' কোয়েং য়েংই। হন্দক্তি লৈরম্মেনে, চপ লেপ্লুনা।

ভা—লেপ্লুনা লৈরম্বা ?

নট—হোয়নে, শগোল অমা চপ লেপ নৈরম্মেনে!

ভা—শগোল হা'বা?

নট—শগোল। শগোলতুনা ঙাংঙকপা ওইরম্মে।

ভা—(কোইক্ক কোইক্ক য়েংলগা) ও! ভাব তারে, ভাব তারে। অয়ুক্তা নঙনা থকউদো—ঈশিংনিদনা শোয়ত্রেকো?

নট—হ! অতুই নত্তে, ঙাল্লিসিনা খঙনি, হাণ্ডামুক ফারে মনম তারক্তবা।

ভা—ও! ঈশিংনন্থু অতুম য়াম্জাং ওইরে।

নট—তা-ভাগবত অশেংবনি, ঙাল্লি 'সিনা খঙনি, ঈশ্বর সাথী, শগোল ম্নাঙাংহৌরে, লেপঙাং ঙাংহৌরে।

ভা—ফরে ফরে, ঙাংজসনু, কাম্নদে মতমসি য়াম থেংত্রে চঙঙোচো মেক-অপ তৌদৌ-খোক্তৌ তৌরুরো, চো।

নট—তা-ভাগবত ঙসিদি ঐ—ঐ লীলা থোকচররোই থুরুমজরগে।

ভা—করি ম্নানোনে চোইরোল লোল্লি'হুবো! চঙঙো চো, লোইশিন্নুরো।

নট—ঐ ম্নাওররোই তা-ভাগবত (অনিকপা মথুত্ত্ থাজৎলগা) 'সিনবু থাঙ কমাইনা হাইদোনো?

ভা—(খল্লি ঙাইহাক) অ—অসি— ফরে'ত্রদি সুমদোরো। হৌজিক নঙনা লাকপা লম্বেলদো' মদোমদা শং হল্লুরো, অমুক্তং হল্লুরো চো, থুনা হল্লকউ।

নট—(খংবা) অস! ঐবো!

ভা—হোয়নে। নঙনা উরকই, ঙাংহৌই হায়বদো শেংই শেংদে খঙদোক্লবা হায়বা—ভাব তারেদনা?

নট—(f কবা, চোংবা) মতুমা ওইত্রে। ঐ ঙম্মোই।

ভা—কোক হেক চৎলুচো; ঐনা হায়রেদনা—(নট ইতুক তুকথৈ) চৎলো চো, শং চেন্দনা য়েংথোকউরো।

নট—(তুকখবা) চৎপা তারিত্রনে ঐবো, ভৌরিসিবো!

ভা—অতু নত্রবদি চোইত্রং-পাত্রং উরিদো, ম্নারোই হা'বা।

নট—ভা-ভাগবত, অদুদা — —

ভা—(ভাবোকলোমদা ওনশিন্নগা)

ধর্মপুরীদা নহা অনীসে
তিন্নজৈ লুনা অনীসে
থরাই-হকচাং অমত্তনি অনীসে
চনু অমা উ — —

(নট অদুম লেপ্তুনা লৈবা উবদা) —আইমা! কদোরবা?

(নট মক লুকথদুনা চঙখিবা)

ভা—অঙাওবা! কয়দা কিগল্লিনা। করি থল্লুদনা কাতু-কারন উরবনো খঙদে। ওনথোক ওনথোকপা!

ধর্মপুরীদা নহা অনীসে
তিন্নজৈয়ে — —

(মহুংদৈ নট লাউরকই অদুগা পাখৎনা চেন্নকই)

হাই! কৈনোনে!

নট—লাকএ সোমদা!

ভা—কনানোনে কনা লাকঅগে'বা?

নট—লাকয়ে-লাকয়ে (অমবোমদা চেনখি)।

ভা—কনানোনে! মীরা লাইরনে। কিবরি শেংঙসে অঙাংসে। কিদনা চৎথ্রদি মী য়েংবা লাকপিরিশিংসিদি কমদৌনি সিদে। কিগনবা মহোয়সিদি লীলা য়াওহন চুমদ জাংনি। (মহুংলোমদা য়েংলগা) হৈ, কনানো নহোয়গী কিজংদো, সীনদো পুথোরকও থল্লরোদনা (যক্ষগান নত্রগা কথকলীদা শীজিন্নবা সীনগুবা ফিজংহু মী অনীখক্রা পুথোরকই অদুগা মথুৎ মথুৎনা বাংলপ তিংথোক্তুনা থল থখি। ফিজংগী মকমদা হয়রদন লাক্তুনা লেপলৈ)

ভা—কনানো? কনানো তোরকইসিবো!

(খুমক্তে। সীন মকমদা কনাগুবা অমা হিক-হিক কগ্নী)

ভা—কনানোনে ! কৈনোনে ত্তৌ-শারিসিবো। মী নহা অমম্ম পাখৎ-হল্লে অহুগা অমুক কপখৎ-খোখৎলদনা কমদৌরিজাৎনো ! কনানো ত্তৌরিসিবো ! (পাররিশিংদুদা) নহোয়গীহু খরা নেমখৌ। (খুদুপমুক নেমখৈ। হয়রদনগী মমায় উই। মা পাখৎলি অহুগা ইকসু ইকাই। লুকখরগা লোৎলি।

ভা—চুম্বুনে মা হায়রমহুবো ! শগোল ! অঙকপ'নহৈ !
(ভাগবতনা নেমখৌ হায়দনা ফিজং অহু খরা নেমখৈ। হয়রদন মমিৎ উইশিন্দুনা কপ লৈরম্মি। মমিৎ পাঙখোকপদা মমায় উবদগী অমুক লুকখহুনা লোৎলি। খরা খরা নেমখবনা লৈবাক য়োরে)।

ভা—আ-আই ঙকইহৈ ! অকিবা কংইদনা।
(হয়রদন পুক্তউ উবে। মকোকনা শগোলগী হকচাংনা মীগী। কুনখহুনা মমায় লোৎলি। ভাগবতনা ইজিৎ তৌবদগী ফিজং পুরকপা অনীহু চঙখ্রে। ফিজং পুশিনখি। ভাগবত হয়রদনগী মনাক্তা চংশিন্নকই। হয়রদন মমায় হাইগৎতে)

ভা—সোমবু কনা ওইরবনো ?
(হয়রদন মমায় হাখগৎলগা মপি তৈখোকই। ভাগবতনা মখুৎ শম্মগা টৈজগী ময়াইদা পুশিন্নকই)

ভা—লাউ, লাউ শোমদা, সিদা (হয়রদন হজোইরপ খোয়কই) শগোল কো-মায় অমা উপশিল্লগা অচৎ-অওক পুন্নমক খংহন খোৎহন্দনা ইথক থককৎহল্লুরে। হৌজিক্না অমুক কপশিন খোৎশিন্নদনা ত্তৌরকইসিনা—, ঐনা হায়বা'দি ফাগী জুগাই তৌবসিম্মু ঙাইহাক ত্তৌনরগা তোক্লৈ হায়রিবা। (হয়রদন অমুক কপখৎলকই) করে-করে ; ওকয়ে। অঙাং মান্নগুমসি। উপ্পিবহু লোখোকও। লোখোক অসি, সে। (হয়রদন অহুম তুম্মিন লেপ লৈ। ভাগবতনা চিং-খোত্তনা লোখোক্লবা লাক্লৈ হয়রদন তুম্মিন লৈ)। অস ! য়াম কন্না নপপ্রজাৎনিনে সিদে। হায় মুপামচা মুপামচা। (নট কিনা কিনা লাকই। ভাগবতনা তৌবম্মিবহুদা কিনা লেপ য়েংই) লাউনে কৈনো, লেপ লৈরিবো লাউনে। য়েংউ উপশিনবা জাৎনি কৈম্মু নত্তে

কোক হেক হুক্তোকঅগা লোইরে। লাউ লৌথোকসি লাউ (নট চঙক্কনা চিংবা য়াওই। হোৎনৈ ঙাইহাক। হয়বদন খাঙই। নাবা হেনজিনকপদা শেংকাত্তবা খোজেলদা নাহেরকই। ভাগবতনা য়ারয়োই হায়বা খঙলকই)- অস ! মুপামচা মসিদি অউপ্পা নত্তেনহৈ মশাগীনিনে (নটনা কিদনা খংখা খালোকই। হয়বদন লৈমায়দা হাইথৈ, মখোঙ অনী কারক্তা মকোক দুকখজুনা লৈ) অঙকপনিহৈ'সিদি ! ওনথোকপনিহৈ, ঙকখ্রেদা ! হৌজিকতা শগোলমকোক পানবা মীগী য়া তাবদা শিথখৈ নোকনীংলগ্নহুগা হৌজিক তোথোরকইসিগা— ! (হয়বদনদা) অহু ইবুংঙো নঙবু কনানো? (হয়বদন তুমিন্না হৌগৎলি, মপানলোমদা খয়া খয়া খোকই। মমাঙদা লেপ্লিবা নট কিবনা নিকই) এ, এ, কদোমদনো ঙাইখো। মদোমদদি ঐখোয়গী খ্রীনরুম লৈবনি। লীলা খোকদবা ময়াম মেক-অপ তোরিহুদা চঙখ্রবদি, লোইরে। অমত্তা ঙাই-রিঙেদি মকৈ, লোইনা পাখৎনখ্রবদি মাঙভে, কায়রে। (হয়বদন মরু দুকখজুনা লেপ্লি, ভাগবত মুংশিনা হায়) নঙবু কনানো ? (খুমদে) করম্বা ঋষি অমনা করি শাপ তোরকপদৈ তারিবা দষানো ? করম্বা—অশেংবা তীর্থ অমা মীরায়রুরবা, করি কত্তবা তোরুরবা?

হয়ব্রদন—(শাউনা) ই—সে!

ভা—(ঙক্না) হা ?

হয়—য়ারী লাইরিক থিধবদোনা অনীং-অনীং জোরো জোরো হৈথ-রিসিবু করিগীনো ! ঐনা করি কত্তবা তোখ্রবগে, করম্বা তীর্থ অমা মাঙখোকউবা লৈবগে ?

ভা—ঙাইখো ঙাইখো শাউখিনু —।

হয়—করিগী শাউদবা য়াত্রো করম্বা ঋষি, করি শাপ, করি তীর্থ—নত্তে, ঐনা কসি কত্তবা তোখ্রবগে ? কনানো চোংথোরকউ, ঐনা করি অরানবা তোখ্রবগে হায়ররাও। কনামতগী মাঙনবা তোখিদে। কনা অমত্তদম্মু তস-কুস হায়বা লৈখিদে অহুগা—অহুগা (কপ্পিং কপ্পিং তোই অহুগা —।

ভা—ঙাইখো ঙাইখো, য়ারৌখিন্নু। করি তৌবনো কমদৌবনো। করি দয়া তারুরবা শেংনা অমুক্তা তাখিসি। ঐখোয়না ঙমদৌ লৈরদি নত্তেং পাংগে। ঐখোয় নীলাগী কাণ্ডবুম্ব লৈ অহুগা পুকচেল চাউরবা ভাবোক ময়ামমু লৈবিরি—অম'নী, তরা'ম-মঙা'মা তোয়রপ হাকাম চনজরবমু— !

হয়—কনানবু করি তৌবিরকনো ইরাইবক মতাসিদবু।

ভা—নমিংবু করি কৌব'গ ?

হয়—উরবসে কোকতাসে—হয়-ব্রদন। হয়ব্রদন।

ভা—ও, শগোল কোক, চান্নবা মিংদানি। অহু, শগোল মকোক অসিদি কদায়দগী কমদৌনা—?

হয়—কমদৌনাইবু—পোকতৌদগীনি।

ভা—এ, অহুদি ঐখোয়না অউপ্পনি হায়দনা চিংবহুদি নাত্রা, অহুম খাঙ লৈরিবনা করিগী ?

হয়—খাজবনা লান্নরিবা জগৎনি ; ঐনা হোৎনবসি—লোইরে। সুরে। ইকোক অসিদা করবদি হায়দনা ঐনা তৌরকইসি লোইরে। অদোমগুবগী পুণ্য চেল্লবা খুৎ কয়ানা ঐবু লানবিবা ঙমগত্রা হায়না খল্লুই। মসিমত্তং লোখোকপা ওম্বিরবদিকো— !

ভা—ওম্মোকপা হায়হুনি। পুরুংগী কোক্লিনা করি উপাইদি লৈগেদো। নহানমুক্তি মপোক্তা করি পাপ অমা — — ?

হয়—(শোনখরপ) নহানমুক্তীকা অমত্তা নত্তেদা। পুন্নমকসি হন্দকন্ধি মপোকসিদা ওইরিবনিনে।

ভা—হায়'দি করি তৌরবগে ? হায়য়ুনে, ইকাইরুনু।

হয়—ইকাইবা হায়বা ! করিগী ইকাইদৌরিবা ? করি — ?

ভা—ও—হো, শোয়দোকপ্রে। চিংনমু হায়গে তৌনি। করে অহু করি কমদৌখিবনো তম্মু তাসি।

হয়—য়ায়া শাংগ্রবা য়ারীনিদা।

ভা—শাংজসহ্—!

হয়—ঐগী পলেমদো কর্নাটক দেশকী মজাইবেম্মনি। য়াম নীংথিজৈ হায়নৈ। লৈশাবী কারকপা মতাংহুদা ইমা পোকপা ইপুবোক্না স্বয়ম্বর অমা লিংখৎথি। থাপ্প-থাপ্পবা মফমদগী মজাইবুংঙোশিংনা পিক থনখি। চীনাগী, রুসকী, ফ্রানসকী, শুরে হায়। মজা-ইবেম্মনা খোয়দাবা অমত্তা য়াওদ্রে। ইরোই লোইবদা সৌরাষ্ট্রগী রাজকুমারনা ঙোরোক ঙৌবা শগোল অমা তোংহুনা লাকপা হেক উবদা মজাইবেম্মদো রাম্বদ্রে'য়ে!

নট—ও—ও।

হয়—মপাবুং মহারাজ সুংঙাইজরে; মচানা খোয়দাবা অর্মাদ য়াওরেদনা থনবদা হরাউজরে; লুহোংবিরনি হায়দনা কোয়নোম নোম কোয়রাং লাংতোরে। অতুগদি মজাইবেম্মনা লৌশিং তারকপা মতাংদদি করি হায়রকঅগে'বু—করি হায়রকই খঙব্রা?

ভা+নট—(পুম্না) খঙদে। করি হায়'য়েগে?

হয়—ঐদি অঙৌবা শগোল অসিদা হোংগনি হায়রে'য়ে।

নট—অস! অওইরনে?

হয়—অশেংবা। পুমলাং লাংঙে। সৌরাষ্ট্রগী রাজকুমারহুদি বিভুলা কোকথোং নারে।

ভা—অদৈ?

হয়—ইমানা য়াবা মরৈদ্রে। য়ামদ্রবহুদদি কমদৌনি। রাজকুমার অহু নীংথিনা খেম-খোত্তনা বিদায় তৌদ্রে অহুগা ইমাবু শগোল অঙৌবহুদা য়াম চাউনা হোংঙে। চহী ১৫ চুপ্পা পাম্লরে। নোংমা অমুক অর্মাদ হোগৎলকপদা শগোল লৈরমদ্রে; মহত্তা গধা অমা লেপ লৈরম্মে; কুবের মহারাজগী শাপনা শগোল ওইনা পোকপা; তাইবং মীগা চহী ১৫ সুংশিনবদগী শাপ অহু কোক-অবা; শাপ কোকদ্রে।

ভা—ভায়, অহুগুবা'বা ভায়। অদৈ ?

হয়—শাপ কোকঅবা ইপা গধা ইবুংঙোনা ইন্দ্রগী লৈবাকতা চৎলম-
দাইছুদা ইমাদা মাস্থু লোয়ননা চৎসি হায়খি। ইমানা য়াখিদে।
শগোল ওল্লবদি ইমাস্থু চৎকে হায়খি। মদা ইপা-ইবুংঙোনা
ইমাদা শাপ তৌখি।

নট—করি হায়না ?

হয়—নপুম্বিচুপ্পা শগোল অমোম ওন্দুনা লেল্লো। ইমা শগোল ওল্লে।
ঐদি নানথোকহৌরে তৌবভবু মওং অমা ওইনা ভখায় অমা
শগোল অহুগা ভখায় অমনা ভাইবং মীওইনা মচা ঐ পোক:হৌরে।

ভা—চৎলমদাইদা নপাইবুংঙোনা নঙগীদি কৈস্থু তৌবিরমত্রবা ?

হয়—কৈদৌনি ? চৎখিবা মহাক্না চৎখিবা লৈহৌবা ঐনা লৈহৌবা
অসিনি।

ভা—ওহোকপনিদা।

নট—হোয়নে, অহুদি চুমদে, ফত্তেদনা মাস্থু।

হয়—অহু ঐবু হৌজিক করি তৌবা ভাবগে ভাগবত বাবু ? কোক
অসিগী অন্নাবসি করয়া কোক্কদগে ?

ভা—ইবুংঙো হয়রদন, লাইবক্তা ভমথ্রবাইসিদি অহুম ফংবা ভাবনি।

হয়—(লাইবক্তা খুতুম্বা মুবা) করম্বা লাইবকনো হায়বা অহুবু ভাগবত
বাবু। বাবুগী লাইবক অহুগুম্বদা ওইরম্ববদি ঐস্থু য়াজরে।
অহু লাইবকনে'না তৌরিবা মতা অসি পুহুনা ঐনা শিরুদৌসিবু
কদাইদনো। অহুবু করে অহু মঙাইরে হায়দনা ঐস্থু খাঙলকএ ;
ভসিকাওবা লেল্লকএ। ঐ ইশাগী পুন্সিদি অমকপা মচেৎ অমত্তা
য়াওদনা চৎথরকই। মীয়ামগী মতুং ইল্লুই। নাগরিক অম
ওইবগী ধর্মদা, লৈবাক নীংবগী থৌরমদা দেশ পুম্নমক অমত্তনি
হায়বগী য়াকমদা ইন্দিয়ান ওইহনবদা, সমাজবাদতা পুয়মক্তা শরুক
য়ারুই ; য়ারি। অহুবু ঐগী ওইবা সমাজ অসি করম্বনো ? ঐনা

হিংঙিবসি কদায়দনো ? ভাগবতবাবু, ঐশু কৈনো খরদি তৌবা তাবনি। ঐশু মী মপুম ওইবা তাবনি, মপুঙকাবা ওইনীংই। অদুবু হায়রিবসি কমদৌনা ওইগদগে ? কমদৌবা তাবগে ? (অহমক থরি। ভুমিন লৈনৈ)

ভা—কাশী — ?

হয়—কমদৌবাইনো ?

ভা—কাশীগী বাবা বিশ্বনাথজী অমুক্তং খুরুম্মু্বদি — ?

হয়—খুরুমজরুরে।

নট—রামেশ্বরদি ?

হয়—কনাগী কাশী, রামেশ্বর, হরিদ্বার, গয়া, কেদারনাথ লুরে। অসিদগী নত্তে খাজায়ুলুক বাবাগী দরগাহ, মরিয়মগী চর্চ, খম্লোবা, কাল ভৈরোনাথ, হরচন্দিকাদেবী, ফুন্নাউনবা লাই, করোংচাকয়ুংবা ঈশ্বর, অরেপ্পা অফম্বা, মমিং ঙবা উদবা, মকোইচোম্বা, মরু কোকপা, ফি লুকশেং শেত্তবা, জোনজোন শেংপা লুরুরে— মখোঙ মখোঙদা তুরুরে। ময়াম মমাঙদা ইকোক অসি হেক লোংপা হোংনবদা শমনে'বা মনামত্তা হোৎত্রে—অদুত্তবু তৌরিং- সিনি লৈরিবা কোকওংসিনি। (ভাইহাক লেপ্লগা চিংনরগ) কোক্তাসিদা প্রোক প্রোক চাকখেকলবনি ; অদুবু অনীদং ফর-ফর হাইরিবা শমসিবুশু পাম্মুরুরি। অদুগা তিরুপতিগী বালাজী দংদি য়োক্লদ্রে।

(ফনা শাংনা লেপ্পি)

ভা—অদুদি ইবুংঙো হয়বদন, চিত্রকূটতনে, মহাকালীগী পূজা তৌরু- দ্রিসি কৈপীনো !

হয়—তাকপিয়ু, তৌজগে।

ভা—চিত্রকূটকী চীংজাওদো, মহুই মথক্তা দেবীগী খুবম অমা লৈবনি। হায়বু হায়জরুরবদি তাবী হায়রবনি। অনীংবদো হেক্তা শীবী

হায়। মীনা অভৎ-অ -. লৈতনা চৎনরশ্মি। হৌজিক্তি কনাসু চৎনজ্রে।

হয়—করিগী ?

ভা—ঐনা হায়খিহুনি। নিবু নিরবদি হেক্তা পী, হেক্তা কংই। অহুনা খাজনবহু শামপ্রবা। অদৈ চৎনজ্রবা।

হয়—বুহু ঙাক্তনি।

ভা—মহুদা অমুক্তং য়েংসিদো।

হয়—অহুদি চৎলে।

ভা—হ! ঙাইখো, নথনভা চৎপা চুমদে। উমং-য়ামংগী লম্বেলনি, চীং-মাঙ্গা চৎকদৌরিবনি। হং-হং' চৎকদবনি। অহু, নঙ উবদা ময়ামদি শমজী খায়ন'চেনখিনি। ঙাইখো হুপামচা নঙ হয়রদনগা চৎমিন্নরুচো।

নট—ঐবো ? অহুক লাপ্পা ?

ভা—নঙনা চৎপা ভাবা। নঙনসু মাবু খজিক হুংঙাইহল্লুজ্রে মানা য়ানীংদবা অমসু তৌরুদৌরে। মতেংদদি পাংবিরুরো। কিরুহু কৈসু। (হয়রদনদা) অসি নঙ খঙঙিনিদনা ?

হয়—খঙজেমা। অহুদা মাদি ময়ামগী সোরোক লমজাওদা — অসি—।

নট—(শাউপর) তোকচৌ অহুগা। কৈদৌজরনি, মরাইনা চচ্চখিনি।

ভা—হে-রা অহুগীবু য়ারৌনৈ হায়ব্রো। তৌনহু। (হয়রদনদা) মহুগীদি নঙ খল্লুরহু। লম্বেলহু ময়ামগী য়াম মরা ওইবা জাৎ নত্তেদা ; শোংবা মী কয়া চৎনদবা জাৎনি। (নটলোমদা) নঙনা শাউরিবনা করিগী ? চুমজ্রো মীনা হায়খিদো। নাগরিক অমা ওইবগী য়াথল দশা ভারবা কাওবদা কাউত্রিসি ফজজ্রো, খাগৎকম খোকপনি। করে নবানি য়াল্লো, চৎলো।

হয়—(নটদা) শাউনহুসি মরূপ। য়াহল্লোই। অহুদি ভাগবত্ত বাবু য়োজরুখিগে, নমস্কার। লমন তোল্লবাইহুনি তৌরিসে।

ভা—এ, অত্তুইদি কৈন্নু লৈতে। য়োৱো মঙ্গল ওইয়ু।

(হয়ৱদনগা নটকা খোকখি। ভাগৱত ভাবোক্লোমদা ওনশিল্লকই)

ভা—মী মীগী মৱাইবক হায়ৱুনি। মা' মা' নীংজবা হায়ৱুনি। অৱাৎপা অহোবা লৈনবা ঙাক্লি। ফৱে ঐখোয়গী ঙসাইগী ৱারীত্তুদা অমুক হনজিল্লসি।

ভা—(ঈশৈ ওইনা শকত্তুনা) ধর্মপুরীদা নহা অনীনিসে, ভিন্নজৈয়ে লুনা অনীসে, থৱাই হকচাং অমত্তনি অনীসে।

চত্নু অমা উজখি

কৎখি থৱাই হকচাং অনীনা

চত্নুনা হেকখিবা শৈহেক,

অর্থ অমত্তফাও খঙত্তমখিদে অনীনা।

অশকপীশিং—(শকপা)

করি হুংগী খোয়দারুরি, হকচাং পোল্লাং অমত্তদা ?

চাম্মৈ চৱোংদা শাচ্চবা, খোঙ্গমমৈল্লৈ উরৈত্তুবু,

করিহুংগী অমমমতা, লংলা অমদা লেংলিবা ?

ভা—(শকপা) অনীত্তুনা জ্ঞান মাঙত্তুনা হকচাং থাদোক্তুনা লংশেল্লে।

মোমোন ভৌরিবা কেল্লবা মঙক্তগী ঈখেঙনা অর-র শিনথৱে।

চত্নু অত্তুনা কোক অনীত্তু থাঙ্গৎলি—ঈখেঙনা মশাত্তু চায়থৱে।

ঈশৈ শল্লে হয়াওনা চোংকন্দনা জগোয় শাৱে।

অশকপশিং—থবাক অনীদা কোক অমমম,

মিম্না অনীগী মিৎ-নহা অমমম।

পাম্বোম অনীনা অনীবু

ভোঙান ভোঙান কোনবিবা।

ইকাইদে ঐহাক হুংঙাইতত্নু ভোদে।

মালেম লৈকোইনুংদা ঈখেঙগী নোংজু

অভিয়াদা ঈশৈগী য়েনীংনা শঙ্গোক্লি।

(দেবদত্ত খোয়কই চৌকিদা কখৈ। মথায়দা অয়াংবা মচুগী মায়উপ অমা উপ্পী। মশা পায়প, মথবাই হুংঙাইতনা উই। কপিল চঙলকই; য়ায়প্পা মচুগী মায়উপ উপ্পী। মশা-মউ ফৈ মথবাই হুংঙাইনা উই)

কপিল—(হয়াওয়প) দেবদত্ত! নঙ ঙসি মল ভোকমদা লাক্নে হায়-খিদায়? লাক্রুবদি কৈদোরে। নঙবু কনা কুইনা ঙাইরম্মি।

দে—(খোশাদনা) থবক লৈরবা?

ক—লাকঅম্বা ফৈ দেবদত্ত। ঐ' হায়ব্রো গান্ধার দেশতগী মহা মল অমা লাক্নি হায়দনা; লাকঅম্মে। মা লাকপদুনা ঐন্দু নঙগীদা য়ৌরক'ঙমদ্রবা। মীনা হায়ন'বু মাসি মথা মাইকৈসি দিগ্বিজয় তৌগে লাকপনেয়ে। ঐখোয়গী মনভোকমসি মশিং ভাদুনা হাইজিল্লকইনে'য়ে। ঐগা নন্দগা মল তৌন'লৈ; ফম য়েংই। ঐনা নন্দবু গুমভোর শেখবীগী লোংগ্রোদা থাম শেৎথবগী অদুদা মানা ভাল্লো লাউরকই। মাগা তৌসি হেক্তা হায়; ঐ মিহল হৌই। অদুবু—!

(দেবদত্তবু শংত্রিক য়েংলগা কপিল তুমিন লৈ)

দে—(খজিক থংবা) অদৈ?

ক—অদৈ হায়দি?

দে—(মিপাইয়প) নন্দ—... .., নন্দনা কৈদোবা?

ক—বামী খোংঙেদনা অদৈদি—।

দে—(মিপাইবা)—হ, ঐ' হায়দি—গানধার দেশতৈ মল অমা লাকপগী—

ক—ঐগা ঙাইহাক খেংনরে। ঐবু মানা বেশ হায়' থাগৎলম্মি।

দে—ভশেংবা?

ক—উম। হন্দকীসিনা কনা?

দে—(ঙক্লপ) কনা'ইদি?

ক—ঐনা হায়বদি হন্দমুকীসিনা—কনানো হায়বা?

দে—কনানোইবু কৈনো?

ক— হন্দকীসিনা করম্বা চঙ্নো হায়জরিবা ?

দে—(নিপাইনা) কনাম্বু নত্তেনা ;

ক— হায়দোকউদা করিগী ইকাইদোইনো ?

দে— নঙদি কম্মাইনা খঙইবা

ক— হে-রা ; চহী অনীসিদা হুপী ১৫ দা নখম্মোয় অহু উরু-রু লৈবদো ঐনা করিগী খঙজোই।

দে— নঙগীদি করেম্নরগা লোইরে।

ক— করেম্নবই নত্তে দেব ; ১৫ চুদি লোৎত্রগা হন্দকীসিনা কৈদৌ' থুপ্লিবা ?

দে— কপিল হন্দকীসিদি মহোয়গা ম্নায়পোৎ নত্তে। মাগা পাক্লরবদি মহোয়দি—

ক— থাগী মমাঙদা খরানমিচাককুম্বনি, লংলবা থাউমৈগী মমাঙদা কুকেৎ কাফেৎপা তন্দনগুম্বনি। সুমাইনা ওইরকইসি ১৫ রক শুপ্রে।

দে—(শাউনা) অহুদি নঙ নয়ুম চৎপ্রো—রাকায় সুজিল্লরহু।

ক— আইমা ; অহুথক হায়বেম্বু শাউরিরো ?

দে— সুক কুইনা তিল্লরকপু ঐবু খঙজ্রি নঙ।

ক— নঙনদি ঐবু খঙলব্রো, খঙজ্রি, সুকখঙ খঙজ্রি ; নত্রগদি শাউকম থোক্তে। চোংখোদা হায়মু গুহাদা চোংথগে, চৎলুদা হায়মু মৈথক্তা চৎকে। নঙোন্দগী হেনবা লৈত্রে ঐগীদি। ইপা-ইমা ফাওবা নঙোন্দা কৎথোক্তে হায়রিবনি ; থো-ক-ত্তা কৎথোকে।

দে—(হংঙাইভনা) অমুক হৌরকঅব্রো। নঙনা অহুমাই হায়ব্রিসি ৫০ রকতি শুরৈনি।

ক— অহু কৈদৌরগে। ৫১ রক শুবসিমম্বু হায়বদা করি কায়। নঙ থেংনজ্রিঙৈদা কান্নথাঙ ওইনা লৈরম্মবনি। ষণগুম সজিক শায়' লৈরম্বনি অঙাও অফৈদৌনা কোয়ঙাও-ঙাও-কোয়চৎ-চৎ লৈরম্বনি। নঙগা তিল্লরুবদগী কবিতা মশক খঙলকএ, কলাগী মগুণ খঙলকএ ; শা ওইরম্বদৈ মী ওইরকপনি।

দে—(শাউনা) নঙবু খিং চৎলো'মি কৈ ময়াম কিহুনা চেল্লকঅগা নঙনমুক চক-চক তৌররে। কাব্যগুম্বা কলাগুম্ববু নঙনা করি খঙগে? চৎলো নঙগী কোনশঙদা মৈ কাম্মু চো-চো। মদৈ হেন্দোরকনু।

ক— (হুংঙাইভমা) চৎথ্রোরনে

দে—হোয়নে থিল্লবনিনে। চৎথ্রোনে খিং।

ক— (মকলুকখহনা) করে, নঙ' হায়রবনিনা চৎথি তারেদনা (চৎপা হোই)

দে— কদাইদনো, ঙাইখো, কম্মু।

(কপিলনা পাম্মহুনি। হয়াওনা লৈবাকভা কমথৈ)

অহুগনে য়া ঙাংদি য়াদেকো।

(হায়রগা দেবদত্ত হৌগৎলগা লৈপ্পাদা কম্মি। কপিল মুক হৌগৎলি চৌকি কনখোকই দেবদত্তদা কম্মু হায়না ইঙ্গিৎ তৌই। দেবদত্তনা মঙক হাই-য়াদে; কপিলদা তুং ওনশিন্দুনা কম্মি। মাঙলোমদা চঙশিল্লরুগা কম্মু হায়না তক্লে। দেবদত্তনা য়ামনব্রবহুদা মখুৎ পায়দুনা চিংলগা হোৎনৈ। দেবদত্ত য়ানীংদনা হৌগৎলি)

দে— নঙসিদি লাইমা ওৎলিহে;

(দেব চৌকিদা কম্মি। কপিল মক লুকখহুনা লৈমাইদা কম্মি। কনা কুইনা তুমিন তুমিন লৈনৈ; তপ্পা) শাউনু কপিল। চনুহুগী শাওং শাদা কম্মাইনা শীংথাশিগে খঙদে। খোই-খোইরবা মাগী শম্লাংনা ইপোম্মরবা খোইমু পরেংগুম্মি। মায়খোঙ তা'বু য়েংলগা (ঙাংনা ঙাংনা তনখরকই। কপিলনা ইচঙ খোরকই; মাসু চিনকা খিবদোনা ঙাংলকই)

অনী—অঙোবা খম্বাল নীংশিংলকই। শিনথরকপা নীংথিবগী মঙালনা লুপা অহিংবা খাবলবু ওমজৈ। পুমুম হাইথরকপা পাম্বোম্মা খম্বো হেরাগুম নীংথিজৈ। খবাক-তাবু য়েংবদা অমৃতগী চাইথশেন, মথাং তাবু—

দে—(খংলেপ লেপ্পরুগা কিংনা) ওয়রে ওয়রে, লাল্লে।

ক— কমদোবা?

দে—ওসিকাওবদা ঐগী মিংসি পুমতাও তাওলম্বনি। ঐনা কবিতাবু খণ্ডলে হৈরে হায়না খল্লুবনি। নীংথিজবী শানৌ মহাক অহুবু উরুত্রিঙৈদা কালিদাসকী কাব্যগী ফজবা মশক খণ্ডলমদে। করিম 'কাও খণ্ডখিদে। শকহেনবী শ্যামা—

অনী (পুন্না)—য়াতা ফজবী, চিনবান খক-খা অনীনা মমুন ফারবা তয়ালগুম নীংথিবী, খাংজেংবী, শজি মিয়াগুম তথকপী, খোইদৌ কুৎপী লময়োবী।

দে— নায়িকা শ্যামাদো—কালিদাসকী মিত্রংগী খুৎশেন্নি—বাৎস্যায়নগী মণ্ডলৈবাক্কী লাইরেম্বনি। মিৎন কুপ্পগী মণ্ডাল অমত্তং ফংবদা মাদে ঐগী মুংশি কাব্যদা গুরু ওইখি। হায়রিবী মহাক অসিবু ঐগী মু'শি-লম্বেলদা তুংইনবী ওইয়ু হায়গে য়াগত্রা, নওম্ব অমুক্তা খল্লু কপিল?

ক— (মথনভা) আই; মাই হল্লক্কী অসিমদি অনৌধনিনা।

দে—(ভাইহাক লেপ্লুবগা মমিৎ মনা ইরংলংনা) কপিল, মানবু শৈরেং ইবগী থাইংশিল পীবিগে হায়রবদি ঐ কালিদাসকীদগী হেন্না ফজবা কাব্য ইগে।

ক— (খৌনা অহুদা) ফৈনে, ইয়ুনে অহুদি।

দে— কম'দৌনা ইগনি মাদি ইমাওদদি লৈতনা? তুখোঙ-তুখোঙ খুদিংনা মাপী র'খলদা লুপপ্রবনি কপিল, কবিতাদা পুক্নিং চঙ্ভু য়ারোই। মাগীদমক্তু' লৈকংদা লেৈত্রেনা চোংবগুম্—

ক— মমিং মথাহুদদি অমুক্তা তাকউদনা।

দে— করি কায়নি, শকহেনবী অহু ঐগী ওইত্রিঙৈসিদা।

ক— কৈদৌ মুংশা থিরিনো দেব? ময়াদা মৈ বণ্ড-বণ্ড হৌখিবা বিদ্যা-সাগরগী মচানি; অয়োবী পণ্ডিতনি; মরোল অহম শেগাক ফাওরিবা কাব্য রসিকনি; কামদেবগুম ফজরি, বৃহস্পতিদগীম্ব—

দে— থাগৎপনা কায়রোই কপিল, ঊংথৌ য়াত্রবা ঐগী থমোইনি।

ক— থাগৎপা নত্তে ; ধর্মপুরীগী নিঙোলপোকপা মপা-মমাশিংনা নঙগী য়াকা য়েংহৌনা ঙাইনরিসি নঙ থঙত্রবো ?

দে— ওইররোই কপিল ঐ মুমা থঙই, শানৌ অসে মঙদ-ফাওবা কংগনি থাজদ্রে। করমদি ত্তৌনি নীংলরোই কৌবদা ময়াদে। কপিল, য়েংও, শানৌ মহাক অসিনা হেক য়াবিরকঅবদিনে য়াশকইসিনি. নঙবু হাৎপা পাপ পুগে মানবু য়াবিরক-তারদিনে মহাকালগী চোরোন্দা থুং অনী'সে কৎকে ; রুদ্রভগবানগী মমাঙদা ইকোক অসে কৎকে ; কেনগে।

ক— চৎথোদা ; (মথনতা) হন্দকক্ৰী তরাগা তরু কণ্ডবী শানৌ অসিদা পুঙঙাও ঙাওরেদনা ; ঈথেঙ কৎকে-খোৎকে য়োরেনেসে।

দে— অশেংবনি কপিল। মা য়াওত্রবদি ঐগী থুং কোক কৈকায়নি। মা য়াওত্রবদি ঐগী কাব্য করয়া হিংঙগনি ? শকুন্তলমদগী হেনবা কাব্য কমদৌনা ইরুরনি ; অহৃগা হায়রিবা পুন্নমকসে মঙোন্দা কনানা তম্মগনি, কমদৌনা থঙহল্লুনি ? ঐগীদি লৈচিল পাউমীসু লৈজদে খোইমুগী পাউজেলসু য়ারোই। ঐগী হায়বমক্তবু পারনবীথী অসিদা চপ লেপ্তুনা তোপ ত্তৌগদবা মঙাইরে। ইয়াইবককিনি।

ক— করি পারনবীথী ? লম অহৃদদি করিগী ?

দে— মদনি মানা লৈরিবসি।

ক— নঙদি কমাই থঙইবা ?

দে— ঙয়াং গুমিদাংয়াইরম পারন বীথীদা উই। মীৎসি কুপকনি হায়বা য়োনা কাউই। ময়ুমফাও' ইন্নরুই।

ক— ইমাই ; মীনা করি হায়নরিনি'হৃদি !

দে— পারনবীথীগী য়ুম অমদা মা মাঙথোকপ্রে। য়াচঙ' মতুং কনা কুইনা লেপ লৈ, মা অহৃম থোরক্রে।

ক— করম্বা য়ুমনো ? মচু কমদৌই ?

দে— নীংশিংদ্রে।

ক— মথোন কয়া শুগে
দে— কাউরে।
ক— হায়দি য়ুম অহুগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তা উরক্তে 'সিনি, নত্রা ?
দে— য়ুমহুগী থোঙহুদা মকোক অনীলোঙবা উচেক অমা হকহৌমায়ে। মসিদং উরকই। থোঙ অহু থিনগে ভৌবদা শোকউবদা অহিংবা ওইরবোই নীংভুরে।
ক— (হয়াওবা চোংবা) অহু ভাকত্রিবা করিগী ; কৈন্নু কায়দবদা মতম মাঙহল্লিবা।
দে— মতম মাঙহনবাইদি ?
ক— দেবদত্ত, নঙগী লৈচিনহুত, কাংঙ, খুহু নমাংদা কম্মি'সি উত্রো ; নঙ স্নুম লৈরম্মু। চহুহুগী ময়ুম-মকৈ, মমিং-মথা থঙঙক্তে।
দে— (খাজদনা) অহুদা— !
ক— কৈনো অহু-অদা কোথরিসিবো। তুমিন্না কম্মম্মু। ঐ শৎ-তা লাক্তে।
দে— কপিল, নঙনা ঐগীদমক য়াবীবগী—
ক— হায়রিহুনা ওকএ ওকএ। (চৎনা চৎনা) অহুগনে নথুৎ নকোক কেনবা থোৎপগী য়াদো পল্লুরহু। মত্তাংসিদা দুর্গাহোয় মহাদেব-খোয় দরকার লৈত্তে। ঐ ইথনত্তনা য়ারে। (চৎখি)
দে— (ইখঙ খঙহোৎনা চিংনবক্তুনা) অ……কপিল, কপিল !—চৎলুরো অহু ভাইরে। মাগুম্বা মরুপ অমা কংজরিবা ঐসি কয়াদা লাইবক কপ্রবা। অহু ঐনা মা থাগ্রিসিবু কায়দনা ভোকঅত্রা ভৌরিসিবো ! কপিলনা হৈত্রনে ; লৌউবা, য়োৎশুবা, মল ভৌবদনি মানা য়াম করিবা। লাইরিক হৈত্তবৈ হৌনবা লোনচৎ ব্যবহার খঙবা জাৎ নত্তে। মা থাথিবসি চুমদে। হায়দোনা হায়দা হায়য়োইদো ভাক্তা হায়রু, কাং-থোং ইচায় চায়' ভোক্তননে ; ঐবু ভৌরিসিবু—; হে কালিমাই ইমা ইবেম্মা, শিব ইপা ইবুংঙো ঐগী য়াশক অহু ঐ কাউজররোই। মাবু হেক কংবদা পাম্বোম অনী, ঙক অমা চোয়োম্দা— !
(চৎখি। ভাগবতনা চৌকি লৌখোকখি। কপিল চঙলকই)

ক— পান্নবথী হায়রিহুদি 'সি লৈরে। লল্লোন ইভিক ভোবা কাঙবুগী গলী। ইমাই; য়াংইদা য়ুমশিংসিদি কোন্থংদো' ভাক্তা তোইনা সিদি। অঙকপনিদা লাইরেন মথেককী য়ুমলক অসিদসু মীসি ইমাও মাঙনদেনেসে; উচেক মকোক অনী লোংবা হায়রিহুনা কদায় লৈরমদোরিবা (কোয়থি থি) কৈনো 'মা হকইসিনা। হ; সিদি গরুঢ়নি। অসিনা থম্বালনি। মসিনা নোংশা—কৈ, চক্র, সিসু (মকোক হোৎপা) থেংনরোইদোরিনা। হে-রা। সিনা—? চৎ! শগোল। শামুগণ্ডা-অদে·নোংশা অমুক, আই! থম্বাল অমসু! (শাউবা) কদায়দনোনে কোকলোংবা উচেক? (তুং হল্লি য়ায়া মুম্না য়েংথৎলকই। মখৈদা হবাওনা লাউই) আ—! লৈরে। লৈরেদনা। কদায়' নানথোক ওমদগে। ওনথোক্না কুপ্পা হকইদা, শংদোক্নুনা য়েংভ্রদি উরম্মোইদা। অহুদি কনা ওইরিনি য়ুসুদি (ওই-য়েং য়েংই) হংসিরা? উরুম মচেৎ অমত্তসু লৈতে। সুংশানা লল্লাই পোক্রবা মতাংসিদবু কনা লাককনো; য়ুসুদা হেক্তা হংওসিরনে। (থোঙ খিনবগী মওং। করিগুবা অমমু তাবগী মওং) পায়লগী মথোলনিনা—

(পদ্মিনী ঈশৈ ওং থোরকই)

ঈশৈ

লাকলো লাউনে কনানো

করি লমদৈ লাকপনো,

ক— (পদ্মিনীবু মুম্না য়েং লৈ। মখনতা) য়ারে, য়ারে দেবদত্ত য়ারে। ফজবা লৈত্রে থল্লুবনি সংসার 'সে। লৈরি নীংথিজবা লৈরি—য়ক্ষ নিংতোল কৌসিরা, ইন্দুমতিবু হায়সিরা, উর্বশীহুম—পুন্না হেক্তা—

পদ্মিনী—থোঙ খিনবিরকপহুবু 'সোম নৎপিত্রো। করিগী ওইরবনো অহুমাইনা পঙথবিরিহুনা?

ক— (মিপাইবা) অ-অ ·····ও! অসি, কৈনো, য়ুমসিবু কনাগীনো থঙজনীংহুনা—

প— কনাগী য়ুম পাম্বিবগে ?

ক— য়ুমগীদি ·····অসিবুনি।

প— অসিদদি কনাগা উম্নবিগদবা ?

ক— য়ুম্বু অহুগা—

প— মিং-কা খঙবিবরো ?

ক— খঙজদেম্মা !

প— শক্তি খঙবিবরা ?

ক— খঙজদ্রিমা।

প— খঙবিদ্রিবা মীগদি করি খবকী ওইরবনো ?

ক— (মখস্তা) চুম্মিনা। করি খবকনোনে ? মমিংদং খঙক অম্মম্বু—

প— ওম্নবিবকাদি নত্তেকো ?

ক— নত্তে। ওনদি ওম্নদে।

প— (মকোক্তা খুদোম্বীনা ইঙ্গিৎ তৌরগা) 'সিদি অশোয় অঙাম লৈত্তেকো।

ক— (খংবা) অ·····হোয়, লৈজদে।

প— মিত্তি ? অহুম য়ারিকো ?

ক— য়ারি হোয়।

প— (মখুৎ য়েংকী খুৎশা মরি উৎলগা) খুৎশা কয়া শুরি'সে ?

ক— মরি।

প— মিংত্তি য়াবি। কোকম্বু য়ারি হায়বিরিবনিনা য়ারমখিনি। য়ুম-সিনা অশেংবা ওইরবদি খোঙ খুদিংগী মুম-মুম্না য়েংঙগা মুরাম-মুরাম শোম্নম্মিহুদি করিগীনো ?

ক— (খংবা) করম্না খঙবিরিবা ?

প— ইমিংম্বু মরি কোকম্বু কৈত্তৌদ্রি।

ক— ও ! মখক্তগী উবিরকখিবা ওইত্তায়ে।

প— (তপ্না তাব তানা) য়েংবিয়ু রা 'ম হায়রগে। হম্মক-মরকসি ঐখোয় খাইসে হুরান চিঙ্গি য়াম কম্নে। মী পুম্নমকসে লোইনা ইচিং

চিংননরবনি। ভরাং য়াচঙবগী অতুদা কনানো অমা—সিদা হিদাক ভানথক অনীরোম অয়ুংবদোনা লেপ্লম্মি ভসিনা সোমনা অমুক পাকথ-পাকথ য়েংবনে কৈনে ভোররে। ঐনা উহৌবা অদোম লাইবক য়াম করবনি; অতৈ অমনা থেংনরম্মদি অা দোলাই পাবদা শিন্নরম্মনি। (মখোন চাউনা হায়ভয়) অতু কনা উন্নবিগে হায়বা?

ক— অদোমদা হায়দোকপা য়াদবা।

প— ও! কনাদা হায়বিগদবা?

ক— অদোমগী বাজিদা—

প— 'সোমনা পাম্বিরিসিবু ঐখোয়' বাজিবুরা য়ুমসিগী মুমুবুরো?

ক— অনীহুবু অমত্তা নত্তবরনে?

প— (অভাংবা তাকপিবদোনা) মুমদোইবা, ভাব অমা তাখোসে, ঐখোয়' বাজিসি য়ুমসিদা থবক তৌবস্ম ওইবা য়াই; নত্রগা য়ুমসিগী মুমবুহু বাজিগী থবক তৌবা য়াই, নত্রগা বাজি হু মুমুহুগী মনাও ওইবা যাই, ময়াম্বা ওইবা য়াই, মপা, মপল মবাই ওইনীংব'ম হেক্তা ওইরম্বা য়াই। করি হায়গে? চুমদ্রো-হা?

ক— চুম্মিমা।

প— চুম্মি। অতু করম্বা কৌখোরকউ হায়রিবা?

ক— অমা হেক্তা।

প— অতুবু কনানো?

ক— (থুনা) ময়াম্বা হেক কৌখোকপিবকও।

প— শক্তি খঙবিবরা?

ক— খঙজদে।

প— উবিগ্রব্রা?

ক— উজদ্রিমা।

প— মিং খঙবিব্রা?

ক— (হুংঙাইবক্তু হুনা) অস ! মুসু নত্রগা অদোমগী বাজি নত্রগা অনীমক, মীশক অমমম ওইরগনা—কনানো অমা হেক্তা য়ারে। কনানো অমদি কোথোকপিরকও। অমা হেক্তা !

প— (ফাক ফাক নোকপা) হ ! মতুমাই' য়াত্রি।

ক— (নাকয়েং কোয়েং য়েংবা ; মথনতা) হ্যাইদা কনাম্বু উদেনে তৌরিসিম্বু। দেবদত্তদা মমিংদি তাকউবা তাবনি। মাদি মৈথক্তা কম লৈরম্মনি। ইহাং হাংনা চঙপ্রদি ঐবু মীওইনা হায়ররোই। (পন্নিনীদা) য়েংবিয়ু ইবেম্মা, লুরবা থবক অমা লৈরবননি। নখোঙ পায়' খুরুমজগে।

প— (হুরাওরণ) অ ! ইখোঙ পায়গে হায়বা ? ঐ করিগুম্ম হায়জগে। য়ুমসিদনে ঐনদা লোইনমক্তা মখোঙ পায়' খুরুম্মি, ঐগীদি কনামত্তা পায়বিদে। অদোমনা পায়বিগে হায়বা।

ক— (মরাইবক্তা খুতুম্না মুরগা) অস লোইয়ে ! ঐ মাঙভে, তাকয়ে, উত্তা হৈরে। ইবেম্মা। থৌজানবিয়ু। য়ুমসিগীনে মীনাইরা কনা-নোম্মা কৌথোকপিরকও।

প— (নীংবা কায়না) হায়দি ইখোঙ পায়বিররোই 'সিনিনে। ঐ' মথ-ন্নিনে। হৌজিক কানসিদি থাজনীংঙাই অমত্তা লৈত্রবনি। করে. কমদি তৌনি, খোঙ হাংদোকউরবনিনা খোঙঙাকপনি হায়না লৌবিরো। তাকপিয়ু করি পম্বিবা ওইরবনো ?

ক— (খোনা লৈনা) কৈ-কৈ। (চপ তিংনা লেপথৎলগা) অদোম পণ্ডিত বিপ্রোত্তম বিদ্যাসাগরবু খঙবিরিনিদন' ?

প— খঙজ্বা য়াই।

ক— (সোর শাংনা হোনগৎলগা) অত্থু ওইরদি মাগী অমত্তা পোকচবা মচান্থুপা দেবদত্তম্বু খঙবিরিনি। মপা ইবুংঙো অত্থুদগী খুত্থুপ তরেং হেন্না পণ্ডিত ওইবনি, মহাকবিনি ; কাব্যশাস্ত্রদা মৈ হৌবীনি, পুকচেল চাউই, মুংশিগন্নি মেঙনা কজে-মশম শাংনা য়াই-য়াই, মাইখোঙদা মঙালনা পুমলং। চহী কুন। অয়াংবা খুত্থুপ তরুক।

প— ও-হো। খুত্থং তরুক্তুবু অদোমগা করি থোক্লগে? কনানো?

ক— ময়াপ। সংসারসিদা খাইদৈ চায়রবা ময়াপ। নুংশিবু ঐগী ময়াপ অসিবু অদোমগী কনা ওইনদোইনো!

(পদ্মিনী ইখঙ খঙহৌদনা ভুমিন লৈখি। তপ্পা তপ্পা কপিলগী বাঙাংগী অর্থ খঙলকই। মথৈদা ইকাইরপ—"হৈযা" হায়রম্মগা চেনশিনখি। কপিল য়েং লৈহৌই)

ক— ময়াপ দেব। খমোয় অসি ময়াং ময়াংঙকই। নঙদি থোচ্চবনি, নথমোয়সু য়াম্মা থোংলি। নঙনা খাঙবদা য়াগদবা য়াকম অমা লৈদা ময়াপ। চহু অসিদি পুয়া নোংখাংনি, নোংখাং লৈমা, থো-ক্রেদা কনথা-হৈখানক্রেদা! নঙ খাঙবা ঙমগনি খাজদে ময়াপ। মসি খাঙগে হায়রবদি ইস্পাংকী সুপা অমা ওইবা তাই। অহুবু কৈদৌনি। হায়রুরে নঙনা য়াগদৌ লৈতে। চঙভুরবনিনা ঐস্নু হনবদি তৌররোই। মপা-মমা উম্মরম্মগা হনখিগে। জয় মাধব—(মতুং ইন্নুনা মহুং চঙখি)

ভা— মতুংদা করি থোকপ্রবগে হায়বথু থোইনা হায়রুকম লৈতে; হৈ-শিংলবা ভাবোকশিংনা হেন্না খঙবিরে। ওইবা হৌনবা মশানা তাবা মওং অহুম ওইখি; থোকখি। পদ্মিনী হায়রিবী সুপীমচাসে ধর্মপুরীগী মাঙজিনথাবা লল্লোনবা অমগী মচা নি। লক্ষ্মীনা থো-জানবিবা ইবুংনি। অহুগা লোমদা, দেবদত্তগী সোমদনা সরস্বতী মশামক্না মখুৎ লোয়হুনা লেপ্পিবনি। কদাইগী পনথরুরনি। (নুংহোংবগী সঙ্গীত) পদ্মিনী দেবদত্তগী লোইনবী ওইরে। য়ুমুরেনবী ওইরে। দেবদত্তনা কপিলগী তৌবিমল খক কাউদে। থাইনদগী তিম্মরকপনি, হায়গুম চায়রি। দেবদত্ত-পদ্মিনী-কপিল ধর্মপুরীগী প্রজাশিংনা মখোয়বু রাম-সীতা-লক্ষ্মননি হায়না খয়ে। অম্মুয়া থা তরুক হৌখি। (দেবদত্ত অমদি পদ্মিনী চঙলকই)

প— কপিলসি ওনথোক্না কুইনা চংক্রেদকো, হৌজিককাওবা হল্লিক্রি'সে।

(খোঙনাউদা য়েংবগী অভিনয় তৌহ্)

দে— কি-য়োল নীংথিনা য়োম্মেকো ?

প— ঙসাই অয়ুক্না য়োম্মে।

দে— হিপ্না-লাক্লবদি ? লম্মাংদা তুম্মু 'মু য়াই। নিংথমথাগা ওইরে কম্বল অনীমুক্তি পুশেম্বা কৈ।

প— অহুইদি থল্লুরম্নু মীনাইনা অহুমহুম য়োম্মো।

দে— নঙগীদি শাল-মুং শামতুগাহু—

প— ঙসিদি কৈদৌর জাংবনো তৌরিহুবো। মুত্তিগীদি লাইরিক্তা পুঙলুপ লুপ্তুনা চারগা থুং হান্নি হায়কাও কাউই, ঙসিনা অয়ুক্তগী অহু তৌগা অদা তৌগা বে-বে তৌরিসিবু কমদৌরিজাংবনো ?

দে—পদ্মিনী, ঐদি হন্না হন্না হায়খিহুনি নঙগী ফিবম অসিদা লংকৈ চংপসে ঐ কয়া পামদনি। য়াম্না পোংথাহুনা লৈগদবা মতাংনি। গাড়ীহু মখোং চানি খঙদে চারোই খঙদে। খোঙচং অসিনা করম খোকঅগবা অহুম্মু খঙদে। নঙনা ঐগী য়াসি ইরৌ লৌদে।

প — অহু ঐবু কৈ:দৌরগে ? নঙনা পঙরাদ য়াবিরিবনে। মুপী অতৈদি মীরোল্রবদৌনা। কিগনবনা কৈনো—ঐনা খৈত্তং হেক লেঙদবদা নোংদোন নীংখায়হুনা নল্লকপহুমঙাই ; অা খাঙেঙমকম হেক য়োরবদৌনা- !

দ রাম-রাম অহুমাইনা হায়হৈদেনে।

প— (নোক্না) ইহে, শোয়খ্রে, মতুং হায়জররোই ; ঈশ্বর সাখি।

দে— নঙ অমা, হায়নি হায়রোই ইখঙ খঙদে। অনীং-অনীং পংঙাঙদ ভাঙই—অঙাঙমচাদৌমা। মুমিংচুপ্পা চোং-কন্দনা লৈ। অহুগা—

প— (খোঙনাউরোমদা য়েংখোক্লগা) মাই কপিল হায়সি লক্রিনেসে।

দে—অহুগা,—মুমিংচুপ্পা কপিল, কপিল, কপিল।

প—(ঙক্না) হৈমা, ! কৈনেগে অহুমাইনা হায়রিদি ?

দে—হায়দদি। ভাসকী লীলাহু পাউ তাগে হায়বা মুমিত্তুদা কপিল খোক লাকইদনা।

প— ইহে ! অহুই ওইরেকো ! অহুইবু ঐঙোন্দা চৈরিবা ? নঙগী মরাপশি হায়বদাইনে ; লুহোংত্রিবঙৈদম্ভু মুত্তিগী লাকই হায়দায় ।

দে—অহু হৌজিক্তি মুপী অঙাং খিরে-খোংলে—'সিফাও খঙদবা ! হায়দৌনা চঙ-খোংপদি কদায় য়ানি— !

প— হৈমা ! কৈনোনে মঙোন্দা ভাইনরিবো ? লানবদি ঐনা লাল্লগা ! মাদি লাইরিক-লাইশু হৈজপোৎ নত্তে ; ননাক্তা খরা খরা কম্বদৈ কবিতা ভাবা-খোংপা হৈনরকঅমানে হায়দনা হেক হেক লাকউ হায়দনা ঐনহুম হায়রিবনি । মাদি য়াজদবনি ; ঐনা লাক্ত য়াদে হায়দনা হায়বনি ।

দে—মহু ঐ খঙই ।

প— নঙনা কাব্য পাবা ভাবা য়াম হুঙাই; ভাসি লাউ হায়দনা কৌবনি । অহুমাইনা নত্ত-নত্তবা খল্লমনি খঙঙম্মদি—

দে—নত্তবা খনবৈ য়া নত্তেনে পদ্মিনী । কপিলসে মরূপ অমা ওইবদ নত্তে পোকম্মিন্নবা ইচিন্নাওদো' লৈরবনি । মপোক তরেৎতা পূন্য লখা তৌদনশু মাগুম্বা মরূপ পাক কংঙোই ; অহুদা ঐনা হায়বদি, চিক্না ইবাম্নিদা কম্মিন্নরগা নোংমতশু নঙোন্দা ঐগী কবিতা ভাহম্নিংই । মী য়াওদনা ইবাম্নিদা নোং-নিনি লৈমিন্নবা পাম্বসিবু ঐনা লাল্লবরা ? (ভাইহাক লেপ্লগা ) কপিলনা লাকঅদবু কবিতা পাবা য়াররনি ! হেক লাকপদা কপিল কপিল হায়দনা শোনবা হৌরগদৌদ্দা ।

প— হৈমা, কৈনেগেসিদি—কপিলদা অহু য়ৌনা খম্বল্লবা ।

দে—খম্বনবৈ য়া নত্তেনে । ঐনা হেক হায়রুবমথৈ নঙনা লাম্না লৌরেনে পদ্মিনী— ।

প— (নোক্লগা হংশিনা) অহুক থুনা য়ারৌবা হৌনব্রো । মীনা কাগি তৌরগা । কাগিনি নত্তে হায়রশু খঙদবা— ।

দে—নঙগীদি কাগি মওইরিনি ; ঐঙোন্দদি হেক য়ুরিবা ।

প—(নোঙ্গা) তুম্বিন খিৎ লৈয়ুদা। ঐগী দেবদত্তদি পুকচেল চাউই, খমোয় চাউই হায়ববু ঐনা খঙডোইদবা করি লৈ। নঙনবু কল্লক-উবা মিহৌরুবা খম্বল্লুবা, ওইদ্রবা য়ানি। হয়েং অসি ঐনা ঈশিংদা তারবা ফাওবদা হেক তাউখৎলক্ত্রি'খৈ খল্লরোইদৌরিজাৎনি।

দে—পদ্মিনী— !

প— ইহে! কাউথোকউরে। মতুংদা অমুক হায়জররোই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৈনখি তৌরিনি। অশেংবনি নঙসি ওনথোক্লা খোৎলি। অমুক খোৎপসিনা মতম কমদৌনা লেনমিন্নগদৌ-রিবনো খনবদা মম্মি। তশেংনা হায়রবদা নঙসি পীক্লিবা অঙাং মচাদৌনা তৌরি হৌজিক ফাও। মরক মরক্তা, ইচা পোক্ত্রিঙৈদা নঙনা মহুৎ শিন্নরমাম্নে হায়না খল্লি। (দেবদত্তনা পুক্লিং চঙলক্তবা উবদগী পদ্মিনী খোঙনাওরোমদা চঙশিল্লি)

দে—উম।

প— য়েংও, হৌজিক কপিলদা শাওরুবদো, অহুবু কৈগীনো? নহাক্লা ঐগী ইপুরোইবনি ঐগী মিৎনা উবা লাইনি। নহাক্লা ঐগী পুন্সিগী লৈরাং লৈশাৎ তমহনবনি, ঐগী মুংঙাই য়াইফ খোঙলোন মথং মথং হাংবিবনি। অহুগা শাওরংনরুরিবনা করিগী? অহুগা মাই কপিল হায়বসে, ওনথোক্লা চমজধ্রবা হায়নিমা। লঙন-লঙনা মতম লেনবা মুংঙাইবা মীতানি। পুন্না উমং-য়ামংদা লৈবা মীহু-ঙাই। ঐগা য়ারী শাবদা মানা ইকাইজবসি ইকাইজবসি মৌ অনৌবীহুঙাই।

দে—(নোক্লগা) অনৌবীসিমবুদি ইকাইবা কনানম্মু তম্বিদে। উমংগী মী অহু উবদগী খর খয়হুম হৈরকদৌরে। (অনী নোকমিন্নৈ, পদ্মিনী খোঙলোওরোমদা চঙশিল্লি)

দে—(মথক্তা) মসিবু খঙদবা অশেংবমক ওইরিত্রা? নত্রগা লংনগে লংনরিজাৎলনে। মমাংঙৈদদি কপিল মমায় পুবা তমদবা নত্তে।

অহু, হৌজিক্না পদ্মিনী হেক উবগা মমৈ কে-কেৎ হায়বদৌ' ত্তোরি। শোয়খি লাকখিত্রা হায়বা মওংদা কি-না য়া ঙাংলি। মমিত্তনা অপাম-মিহৌবগী ঈয়াং অমা উরি। ভশেংনা খঙদবা জাৎলনে! (পদ্মিনীদা) পদ্মিনী, কপিলদিনে নুপীগা লোয়নবা হৈত্তবনি। মাদি মমা নত্তনা অতে নুপী অমগা য়ারী থক শাখি-ত্রিবনি।

প— হায়দি মাগা য়ারীশাবা কিনিংঙাইনি'সিরো? হায়রিসিনা তাবদি কপিল অসি নঙগী মরূপ নত্তে'সিনিনে।

দে—(শাউরগ) ঐনা হায়বা থুদিংমক নঙনা নীংথি-নুংঙাইনা লৌত্রিসিবু কমদৌরিজাৎনো?

প— ঐনা করিবু হায়ত্রবগে? (নুংশিনা মনাক্তা কম্বরগা) ঙসিসি উজ্জেন চৎনীংত্রবস্ু কৈ কৈদৌগে। কপিলদা হকচাং ঙমদ্রে হায়রগা লোইরে।

দে— (খঙনীংলবদু ফাথরগা) অহুদা — নঙদি নুংঙাইররোই।

প— করিগী নুংঙাইরোইদৌরিবা? নঙনা কয়ে হায়রগা ঐগীদি কৈস্ু লৈত্তে। পুরিৎনা হায়খিদাই—ঐ অসি নঙগী ভথায় ঙইরবীনি হায়দনা। কোম্না'মুক চৎলগা লোইরে। থা'মুক লৈরগা মেলা অচৌবা অমস্ু ত্তোনি হায়। মহুদা চৎলসি। ঙসিগীসি য়েথোক-অসি।

দে—নঙনবু নুংঙাইত ত্তোরোই হায়রবদি ঐদি মহুনা পাম্মি। কপিলদা খম্বনুবগী য়া নত্তে। মঙোন্দা থোইদিংমথায় অমা চিংনদে; মাই পুকচেলসিদি সনাদা সনানি। আদ—নঙদি হন্দক অমুক্তা মীয়োনজবনিদো—

প— অমুক্তাইদি? থা ভরুক্কী মমুংসিদবু কনানা কয়ারক লোনবা ঙম্বগে?

দে—(শাউরগ) ত্তো অমুক হোরে।

প— ইহে—হে ! কাউখোকউরে। হায়জয়রোই অশুমাইনা।

দে—(মথজাইদা থুপাঙ্গা ভগ্না থারগা) কয়াদা লম হেনগ্রনো। অহুমাইনা ঙাংগনু হায়সে হেক্তা কাউমালে, অঙাওবী। ভোরিবা মওং মত্তাহুদা গাড়ী ভোংদনা চৎহন্নিংদে। 'সিদগীনি।

প— ঐগী পুকসিদি য়োৎনা শাবনি হায়নীংবনি, নঙ হুংঙাইয়রোই ; তুমিন লৈজরগে (অনী নোকমিন্নে) ফরেসে, নঙগী হুংঙাইবদো ঐগীসু হুংঙাইবনি।

দে—(হুংঙাইনা) ফরে অহুদি ঙসিদি য়ুমসিদা ঐখোয় 'নীদম লৈসি। অতৈ অমত্তা য়াওহন্দবা—মীনাই মীশন হায়রা লোইনা চৎনদো-রেদনা—হয়েং লাকও হায়রসি। ঙসিদি ইবানীদা—নঙগা, ঐগা—। থা কয়াগী মতুংদা ঙসিদি য়াম্না চীক্লা — —।

ক— (মহুংদগী) দেবদত্ত !

প— ভো, ভোররেদো ! কপিলনি। নঙ হায়নজরো।

(পদ্মিনী চৎখিবগী অভিনয় ভোই। কাচিন্দা লৈশিন্দুনা তায়, কপিল হয়াও চঙলকই )

ক— থেঙদোকখ্রে। য়াদবননি কমদি ভোনি। গাড়ী অমদি লৈরবা, অদ, মাইহু শল নামদি পাঙদ্রে। য়েংবদা হেক মথঙই। ঐনা নঙগী অয়য়রোমগী শনসি অমা শিনসি নত্রবদি থা-মথায়'মৈ মহুংদা উজ্জেন য়োবা ঙম্মোই হায়দনা হায়রে। গাড়ীয়ালাহুনা অহুগা-অদাগা—বে-বে ভো লৈবসিনা লৈবসিনা—

দে— কপিল—

ক— ঐসু য়াত্রব্রা— — গাড়ী য়ায়বগী তনবৈবু 'সিনি। ঐখোয় গাড়ীহুনা নহান্দু চিত্রপুর চৎখিয়মত্রবদি—

দে—কপিল, ঙসি চৎলরোই।

ক— ঐমা।

দে—(থনফম থঙনা) পদ্মিনী মশা ঙমদ্রে।

ক— অহুদি গাড়ী হায়দোকখি তারে ?

দে— তারে ।

ক— হায়দোকহোত্রগদি নোংমগী ভারা পীযু হায়রনি ।

দে—উম ।

ক— (মখতা) চৎলরোইদবা । মুমিৎচুপ্পসিমা কৈদো'নৈবা ঐনা ? হাপ্তাসিমা—কদায় চত্তোইবা । মুমিৎ নিপাম্নি'সিমা ঐঙোম্নগী শৎ হেক মুনখিদোনা তৌরি । ইহাঙ হাঙবদোনা তৌরিসিনা করিগী ? কপিল ! কপিল, ভাব তাউ, নৈমাইদা হাইথরকঅরনি নঙ ! নশাবু খুহুমদা খম্মু ! চেৎনা ; কোমহনগনু । মুমিৎ নিপাম্নিসি 'সিদা লাকঅনু । লাক্তবদা দেবদত্ত মুংঙাইতবা য়াই—অহু ওইরমু লাকনু । চৎলো, হৌজিকমক চৎলো । (ফোংনা) অহুদি ঐ চৎলে ।

দে—(খম্মোয় করবা লাক্লহুনা) ঙাইহাক্তুংদি ফমখোদনা । 'মুক থুনা কদায়-দানো ?

ক— হ ! ইবানিনা নিনবা ইতৈমা তানীংঙোই ।

দে—হোয় । ফরে অহুদি কোম্না অমুক লাকউ ।

ক— হোয়, হোয় । (চৎকে তৌই—পদ্মিনী শাউনা চঙশিল্লকই)

প— কৈনো লেপ নৈরিসিবো ? চৎলরোই হায়রিব্রো ? য়াম থেংঙ্রে তৌরিসে । (অনীনা ঙক্না য়েংই)

ক — আই ! ইতৈমা নঙবু নশা ঙমদে হায়দায় ! ঙমদ-ঙমদ চৎলগা—

প— ঐবু কৈদোরবা ? কোক চিক্রি চিক্রি তৌই হায়হুদি হীগা য়বদৈ ফরে । সিগীদমকপু তোকয়েব্রো । (দেবদত্ত করিঙবা খরা হায়নীং হায়নীং হায়দে)

প— নঙমু । অয়ুক্কে উজ্জৈন চৎকনি হায়দনা লাঙঙকঅগা হৌজিক্না কৈদোরবা ? কাম্নদবদা হেক শুকখগনবসিনা । নঙ'মনা চুইঙক-য়েংঙক চা লেপ্পিবমা কৈদৌরবা ?

দে—হ, নকোক চিক্অদি — … !

প— করে হায়রেদনা — — কোকসি বোক থুগাইরগা অচিকপা লৈত্রে হায়না উৎলু হায়রিব্রো ?

দে—ঙাইখোনে নঙবু, ফিবমচ্চদা— ।

প— (খোশাকদনা) কপিল, মপান্দা লৈবা ময়োম অনী-অহুমচু গাড়ীদা হাপকৎলো অতৈদি মীনাইশিংনা মরাইনা তৌজররি। (কপিলনা দেবদত্তবু য়েংই) হৈমা খিল্লেনে। ঐবু হাপ্লচো হায়রিব্রো ? ঐ তৌগেসে। (কপিল চৎখি। পদ্মিনী দেবদত্তগী মনাক্তা চঙশিল্লি)

য়াম শাউরবো, সে। মী' হরাও হরাও লাকচরগা নঙনা তোকঅনি হায়চ্চদা কয়াদা সুংঙাইজখিদবা, উহৌবা নত্রো ! ঐদি মাই মতৌ য়েংবদা লৈ য়াখিত্রে। মী' হরাওজদনা—য়াবা হেক খঙদমথৈ নৌনি হুম্রিসি কোয়নোম-নোম, কোয়চেন-চেন, কয়া কয়া লাক্লজয়ে।

দে—(মমায় লৈখোক্লা) পুজাগী পোৎলমশিংচুদি কদায় থম্মি ? ঐ পায়-খোরক্কে।

প— (নোক্লগা) ঐ খঙঙেবা, শাউরম্মোই'বা। ঐনা মকম খঙনা পায়-খোরকঅগে ইয়াং য়াংজাৎনিদা। (চৎখি)

দে— (মথক্তা) ঐনা সুংঙাইত্রিসিদি কনাসু থনপোৎ নত্তে। (হৌনা) হ ! ঐ পায়রক্কে, নঙ তৌরো'সু । (চঙখি)

ভা—(শক্ত্না)

থমোয় নঙবু সুংহৌকপী, করি সুংগী তনিকপা ?
লৈহুংদগী তাঙজনা মায়থোঙ উমশিনহনখিবা,
কংফাল ঈকায়থবীগুম করি সুংগী উমশিনবা ?
সুহাগ কোবা শিঙেঙলদা লেপ্পি চুবা ঙাথনা
থবী মানা অঙানবা। লৌশিং-থমোয় লেৎনরে।

(অহম্বক মায়গে অমত্তনগী খোকমিন্নবকই। গাডী তোংবগী মওং তৌই। কপিলনা গাডী খৌবগী মওংনি)

প— কপিলদি গাড়ীগা খৌবা য়াম হৈ-না। শাক্তে হায়বসু অমুক্তা উদে অত্থগা শন অনীমক চপচপ চানা লৈদনা-খেক্তনা চৎলি। (কপিল হরাওনা নোকচৈ) য়াইসিদা ঙাইহাক্তা লেপখিসিবা। অয়ুক্তগী কমজিনবদা খোঙকাসি ইপোম পোমথৎলে।

ক— কৈ কৈদোগে। গাড়ী খাম্মগে। হৈ, য়ো-য়ো-য়ো।

(খাম্মি। অহম্বক কুমথে। কুমথরকপদা পদ্মিনী নানথুগে তৌই; লেবদত্তনা ঙাকহৌই)

প— য়াম কত্তেনা লম্বেলসিদি! সুঙগী সুঙ ঙাক্তা খোঙ থাবা য়াদে। গাড়ী তোঙিঙঙৈদদি খঙবু খঙদে। কজনা অত্থম মথৌই। নোংমা কদায়দনোমা দেবনা অমুক পুবিখিদো; লুহোং' কুইত্রিঙৈগী য়ানি। নগরদা লৈবা পাৎ অত্থ য়েংগে হায়দনা ঐনা ভকপা। য়ুমদৈ খোরকএ—ঐখোয় অনীদা। দেবনা থৌই গাড়ীত্থ; ঐদি য়ানীং-দবনি। অদৈ কমদোরগেবু নগরগী লানবনগী খোঙজাওদো অত্থ য়োকাৎত্রিঙৈত্থদা শন অনীদো লীক্লমদৈ হাইদোক' চৎপ্রেনে। মানা অ-র-র হায় তিতিরোমদা লৈশিনলি, তিতি লাউরুই অররয়োমদা মুকশিল্লকই। ঐদি নোকখিবনা অমুক্তোইনা কর-কর ওনপ্রপোৎনি। অদৈ তু ইবুংঙোসিনা শাউবসি শাউবসি অত্থম হল্লকএ। মহা ওইপ্রপোৎনি। (পদ্মিনী নোকই। অনীত্থ তুমিন লৈ) হৈমা কপিল, উ মঙ পুম্বদা য়োমদনা শাৎলিবা লৈসিদি করি লৈনো?

ক— সুহাগ-লৈ—লুহোংলৈ হায়ত্থ অসিনিদনা।

প— মমিংসিদি! কৈগীনেগে লুহোংলৈ কৌরিদি?

ক— ঙাইখো ঐ হেক্লকে, উর' হেক্তা খঙগনি। (চৎখি)

প— (কপিলবু য়েংলগা; মথন্তা) উ কাবা কয়া হৈপ্রনো! য়োংদৌনকা তৌইনে। হায়কাণ্ডে মফি ঙাৎথলগা হেক্তা চোংথৎলসে।

মপাঙ্গল কয়া কনপ্রনো। মশা মউনা কয়া ফপ্রবা! খোঙ-তোন চপ মান্নে; মরেংসিনা ফল্লপ, মখাং চেংলপ—য়েংবগী পেনবা নাইদে।

দে— (মথন্তা) হুমিৎচুপ্পা স্বর হোন্দমখৈ ভাংঙম্মগা কৈদৌরজাৎনো তুমিন লৈপ্রসিনা অমসিনা?

প – (মথন্তা) লাইমচা অমনা শাদানবা ওইনা পোক্লকুম্মী। মশা অসিনা মত্রং-মত্রং, জগোইগা খেকপদোনা য়েংবৈ পেনবা নাইদেদা।

দে—(মথন্তা) পদ্মিনীগী মরালঙাকস্তু নত্তে। কপিলগী মশাঙ্গিনা ভুন্ধাং-পনি। অঙকপাইহনি, সুক কুইনা লোয়নরকপু অসুক ফজে হায়বা খঙঙমদে। ঐদি কৈম' খঙদবা জাৎ ওইরে—অঙাং-মচাদোনা—।

প— (মথন্তা) মরাইবক খঙ্গালশাবী কনাগী ওইরগবা! মরেপ-মঙাল য়াস্তে উরুবী থুদিংমক সুন্ধাৎতনীংঙাই লৈত্তে।

দে—(মথন্তা) থুদিংমপু সুন্ধাৎতনীংঙাই লৈতে—লৈশাবীবু ওইরবস্তু মৌবু ওইরবস্তু। মৌস্তু লৈশাবীস্তু। কয়া পঙপ্রবনো ঐসে। কপিল মাগী লাঙতরুরবা মীৎয়েংদমক উরুরি অহুগা পদ্মিনীগী মীৎয়েংদি য়েঙঙগে লারুরুদ্রি। য়েংভুবমক লৈরবস্তু অর্থ খঙবা ঙম্মুদ্রি। ঙসিদংদা মহুংগী মঙাল উবা ফংডি। মৈরি ফাওরক্লবদা মঙাল উবা ফংডি। মৈরি ফাওরক্লবা মঙাম্নি। ঙসিদংদা। অসুক কুইবসি—(ভথক ভথকই) উরেদনা দেবদত্ত, উরেবা! য়েংউ, মুন্না য়েংউ। পাদ্মিনীগী মীৎয়েংদা য়াওরিবা মমুনফারবা হৈরাংগী মচু অমা য়াওরিবসে য়েংউ। য়েংউ পুঙলুপ লুপগ্রে। য়েংউ, নঙগী নখোয়-নরিল প্রোক-প্রোক চাকথেক্কে চাকথেকচখিসহু. থম্বোম্বী অহু উৎ ওইখিসহু অহুগা নমায় লৈবম্নি য়াদে। য়েংউ চৈনাখোলদা লাউবা য়াদে। হুংঙাইতবা মৈচাক থাঙভু! নঙগী লোয়নবী

মহাক্কী মমীত্তা য়েংউ। য়াহোংম্মোমগী মৈরিনা অত্তাংবা নম্বিং অঙ্ঘ চাকথেক্তুনা উৎ তাত্রিবা ফাওবা য়েংউ। পাঙদবা তৌহ্নু।

প— (মথন্তা) সুমাইনা কয়ামকুইনা—লৈখিনি? কয়ামকুইনা? হে ঈশ্বর করি থোকঅগবা? দেবদত্ত উরমদনকো—

(অনী শৎ য়েংনৈ। পদ্মিনী অমৱোমদা শৎ য়েংই, কপিল লাকপা উবদা নোকই)

প— য়েংউসে, ঐনা হায়বদি অমথত্তনি—য়াম্মেঙথে হেক্লকয়ে।

(কপিলনা খুজোক্তা লৈ পুৱকপগী মওং। পদ্মিনীগী মমাঙদা হৈথবগী মওং)

ক— সিনিসে লুহোংলৈ হায়রিসে।

প— (নোকনা) লুহোংলৈ কৌরিসিবু কৈগীনো' মী'হুবো?

ক— য়েংউ'সে, লৈনানা নাপু, মখোঙয়াইসিদনা অঙাংবনা চাউকোয়, —নৱায়বক্কী নম্বিবা সিন্দুরগী বিন্দীদৌনা। অহুগা লৈরিক অসি চাইথোক্লি—নৱাইগী শিংগ্রেংদা চাইরিবা সিন্দুরগুম। উরবা। অদৈ অমুক মখোক ময়াদা অমুবা মরিক মরিক হৎলিবা—নঙগী মঙ্গল সুত্রগী অমুবা মণিগুম।

প— বা! কয়াদা য়াংথ্রবা কল্পনানো! (দেবদত্তদা) নঙগী কবিত্তাদা শীজিন্নৌবা, ফজথ্রবা প্রমাম্নি।

দে—চৎলসি থেঙঙে।

প— ঙাইথোবা! অমুক্কে ফম্বদা সজিং হোরে। অম্বাইকাওদং ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎ য়েংউসিবা? উজ্জৈনগী লম্বেলসিদি য়াম ফজেদনা ঐদি নহানথৈ থঙদে—।

ক— ময়াম্না চৎনবা লম্বেলদি অমা লৈ। মসিনা থরদি সুংঙাইত্তে—মী ইচৎ চৎনদে। ঐদি সোমদদা চৎলি; কোস তরামুকসু শম্মি।

প— কোস তরামুক কোইথোকঅমফাওদা কায়দে। লৈকোম্পৌনা তৌই, ফজথ্রেদা!

ক— (হৈনীংনা) তৌত্রদো? য়েংউত্তো আ-দৈসে ভার্গবী-তুরণ। ব্যাসজীগী আশ্রম অমা লৈরম্মী হায়নৈ। হৌজিক্তি ভগবান রুদ্রগী মন্দির'মা লৈরে।

দে—(ভাব থংডা তারকপদোনা) কৈদোবা ? ভগবান রুদ্রগী মন্দির'বা ?

ক— ঐ। চাউথ্রপোৎনি, কজ্রথ্রপোৎনি। অচুগা আদে চীংমায়সে অসি লাম্বোকঅগনা কালিমাইগী মন্দির লৈ।

(মী অনীথক্না কালী য়েকপা ফীজঙ অমা থন্দুনা পুখোক্লগা লেপ্লে। ভাগবতনা মযাঙদা থাঙলাং অমা থম্মি)

ক— মতম অমদদি মী লাখ-লাখ লাকঅম্মি হায়নৈ। হৌজিক্তি নীং-থায়রবা কুরা অমনবদোনা লৈরে।

দে—(মথন্তা, করিগুথা বাখল অমদা লুপ্তনা) ভগবান রুদ্রগী মন্দির।

ক— ঐ, মসিসু মন্দি মপ্পে। কালীমাইগীদোনা তেক কায়দনদি তৌজি। য়েংনীঙগা য়েংউসিনে।

প— য়েংউসিবা।

দে—নবানী কালীমাইগী মন্দির য়েংউচোবা ?

ক— হ ! পুংনীং নীংথায়রক্লাৎনি। লীলনা লীল লৈরিবা শেকপীনা শেকপী চাউথ্র-চাউথ্রবা, মহানি। লম্বেলদনা শাই ভিঙ্খংনা শৌ শায়। রুদ্রমন্দির চৎসি, নকন্থু নকই।

প— চৎসিনে।

দে—নবানী য়েংউরো ঐ লৈহৌগে।

প— কৈদোহৌগেগে, চৎলুসিবা ?

দে—ঐ পোৎ শঙঙমগে।

ক— হুয়ান চিম্বি কনাম্বু লৈতেনা। (হয়ম থঙলপ) অচুগা ঐ লৈহৌ হায়ন্থু লৈহৌগে কৈদোগে।

দে—হ ! নবানী চৎলো। চোকন্থু চোকথরে ঐদি। রারে।

প —(মথন্তা) তু, মাগদি অমুক হৌরে, অঙাংদোনা হেক তৌরদনা। কৈ কৈদোনেগে অপাম অপাম তৌজবাইগনি, কৈদোজরনি ? (কোংনা) চৎসি কপিল, ইবানি য়েংউরসি।

ক— অহু, নঙগী কিবম মতাহুদা—

প— (শাউনা) কিবম, কিবম। ঐবু করি কায়রগে ? চৎক্লমসি হায়রম্বু করে, মীঙোন্দমুক তায়শিন্দ্রম্বু !

ক— দেব, পঙলাপ লাপ্লম্নু নত্তে, মচৎলুসি কৈনো।

দে—মীনা নবানী চৎলো হায়বেদনা। ঐগী থল্লূন্ন।

প— করেসে। চৎলগুমসি। ঐগীদমকপ্ নবানী কৈদৌ, য়ারুগনো!

দে—(কপিলদা) নবানী চৎলো কৈদৌরগে। চৎলুবো হায়রেদনা।

ক— (য়ানীং য়ানীংদনা) চৎসি চো, থূনা লাকসি। (অনী চৎখি)

দে—চৎলো, পদ্মিনী। চৎলো কপিল। ভগবান রুদ্রগী থৌজান কংবা ওইয়ু। নখোয় অনীমক ঐগী থম্মোয়গী মণিমতুম ঙাক্কি—অমত্তা ওইনা নৈহৌ। মতুদতা ঐগী হুংঙাইবা শরুক হায়বতু ওইরনি। (মবুক ময়াং-ময়াং তৌবগী মওংদা) রুদ্র ভগবান! ইথুৎ অসি নিক-লক-যে। অম্বুক কিরক্কনি হাযবা থাজরমদে (থৌনা পীবিয়ু প্রভু, থৌনা হাপ্পিয়ু—। (মহাকালীগী মন্দিরয়োমদা চৎশিল্লি, চাং কাবগী অভিনয় তৌই। স্তেজদা অমুক কোয়বগা মন্দির য়োই। য়ায়া চোকথনা, হেক য়োবদা নোম্বজ্না থুকন্মি)

দে—ইমা, ভবানী, কালিকা, হে দুর্গে, মহামায়ে—। য়াশক থজিক কাউজরুরে। ঙাকপিয়ু ইমা। ইমা নঙনা নীংবা থুংহনবিরে পদ্মিনী ঐগী নুপী ওইরে। নুমিৎ অত্তদা য়াশক অত্ত নীংশিংলক্রকম থোকপনি। অত্তবু ইমা, নঙনা পীনবিবা হয়াও নুংঙাইদা তাউ-রুরে, কাউথোকউরে। ঙসিদি য়াশক অং ঙাক্লগে লাকচরে। (থাঙশাং পায়থৎপা) নঙগী নগুণ মপান নাইবা নত্তে। য়াশক ঙাক্কবা হায়তুনা থাঙম্নু পীনবীরে। মধ্কম সিদবু কনানা থম্বিরমগদগে। দেবীগী ভক্ত নত্রগা কাপালিক নত্রগা শাদানবা কনাগুম্বনা কাউ-থোক্তুনা থম্মম্বরা। থাঙ অসিগী ময়াদা জীব কয়াগী বলী কতুনা নখোঙদা কৎলম্মগবা—কনানা থঙগনি? (লাউনা) ইমা, নচাগী ঙক! মমল য়াওত্রবা থূদোলনি লৎনবিনু। (থাঙ হায়গৎলি। ময়ানা গুকশমদা নম্মি। চৈনা থাঙই, থয়ো থয়ো ওল্লি। কম্না হোৎনৈ। মথৈথংদা মকোক হায়বদি মায়থুম অহু লৌথোক্তুনা ভোঙায়া তাহল্লি। ওম্মগা ঈ শিহবা

উৎপা য়াই। পৃয়চিক চিকই। মাইকৈ অময়োমদগী পদ্মিনী কপিলগা গাড়ী ময়াদা লাকই। য়ায়ী শায়কই)

প— মাম্মু য়াওরম্মদি সুংঙাইদৌবা। কয়া কজপ্রবা মকমদো! কমদি ভৌনি। ইহৈ হৈনীংদবনিনা—। হায়রেদনা য়াখৈরক-চামরক হন্না (দেবদত্ত উদবদা) কদায়'চৎপ্রে?

(অনী কোয়েং য়েংই)

প— য়ারে পোৎখাহৌগে হায়দায়নে!

ক— দেব, দেবদত্ত! (লাংতক্নবা) কদায় য়ৌপ্রজাৎনোনে?

প— অম্বাইফাও করিফাও চৎখোকঅম য়াই। মাই লাকচনিদা। য়াগন-বনা খিত্তা ভৌ য়াদে।

ক— দেবদত্ত—দেবদত্ত—!

প— কৈনোনে পংলাউদা লাউরিসিবো মখোং মরমম্মু খঙদনা, কম্মু কমত্থম, মাই লাকচনি।

(কপিল নৈমাইদা য়েংথৈ ওক্লা খজিক লাউরকই)

প— কৈদোরে?

ক— খোঙ্গুল ভায়নে। সোম চৎলমদৌ মাল্লি—সোমদা (ভাইহাক লেপ্লগা) সোমদদি মহাকালীগী মন্দির লৈবনি।

প— কৈদৌরবনো খঙদেনে ভৌরিসে। মীনা রুদ্র মন্দির চৎলুসি হায়দি য়াত্রগা, শিখাঙ খাঙ' লৈহৌরগা কদাইদনো চৎখ্রিসিবো!

ক— নঙ সুম লৈরম্মু—ঐ য়েংঙককে। কদায় য়ৌপ্রজাৎনোনে। (চৎপা হৌই)

প— কদায়দ'মুক চৎ গ্রাইনো। অমুক মকাং-মকাং থৈন'ভোকঅনি। মাই লাকচনি সুংথিল পোবোপসিদবু কৈম্মু ভৌরম্মোই।

ক— (চৎনা চৎনা) হ! মহ্ য়াদে। অম্মুকপা জঙ্গলনি। লম্বেল লম্মাংন-রম্মবদি অহীং লেনদৌরিপোৎনি। লৈরম্মু, ঐ হুত্তা লাকে। (চৎখি)

প— মসিমম্মু চৎপ্রে'সে। ঐবুদি মরূপ অসিনা লুনা খল্লিমায়ে। (পদ্মিনী কপ্পি। কপিল খোঙ্গুল লীহুনা য়াম থুনা মন্দির ভান্না চৎলি। দেবদত্তগী

অশিবা মশা উবদা লাউগে তৌই। চেনশিন্নুনা থুক খুদক কুম্মুনা দেবদত্তগী মকোক কোনখত্তুনা শেং ফাত্তবা স্মরদা—)

ক — ঙক ককলবা! নঙক ককথৎলবা কো! মরূপ, দেব! কৈনো নঙ'তৌরিসিবো মরূপ! নঙদি ঐবু ব্না'রৗরবোইরে মরূপ! ঐবু অহুক হুংশিত্রবা, তুক্কৎচরবা! নঙদি শাউমনখিবনা নঙগীদমক্তদি ইথব্রায়ফাওবা পাম্মদবনি হায়বসি কাওথ্রবোই মরূপ! নঙনবু হায়রবদি অচাকপা চিত্তাদা চোংশিনগদবনি, ইরৈবাক থাদোকঙ থাদোকনি, থাপ্পা চৎখিনি। তুরেন' চোংথৌ চোংথনি! পঙই হায়বদি নঙস্থ খঙঙিবনি। অফবনি ফত্তবনি ঐদি খঙদে। ব্রাথল খনবা ঙমদে। মসিগীবু অস্থক থাপ্পা হুন্দোকঅম্বা? দেব! মরূপ, ইমা ইপা শক্লবা মরূপ! (থাঙ পায়খৎতুনা) মরূপ, চান্নবা, ঐবু হুংঙাইতবদগী নঙনা মপোক অসি থাদোকঅম্মে। অহুবু মরূপ মপোক অহুমদদি শোয়দনা খেংনগনি। থাইনগী মরূপ্পি, লৎনবদি তৌরোই। ঐস্থ লাকএ। নতুং ইনবৈ-ইনবা ঐস্থ য়োরকএ ঙাইরমখো মরূপ। (ককই মকোক ইরাই লায়না)

প— (ফঘা ব্রায়ক্লবদা) অনীমক অমত্তা লাকাত্রিসিবু কৈনোনে? মাই কপিল হায়তুস্থ মাঙংথ্রসে। খিরিনিহায়রয়ে। হুঁ! কুইমল্লে। মাদি য়াম ব্রাগনবানি পংথাপ থাপ্পা চৎলম্মোই। ফংঙেনি। কদায়দা ফম্মিন্নথ্রজাৎনোনে। ব্রারেম স্থমিন্ন লৈরোন অনীদো। হুপী লোয়নবদৈ নানখোকঅবনি চিক্লা উন্নতুনা ফমথখিসি হায়দনা ফমথ-ব্রৈনিয়ে অনীদো। নত্রগা মানা শাউদনা ব্রা-লান ঙাঙু য়াদদনা কপিলবু ওৎলিনি। মকোক হায়রা হান্নদৈ শারবনি। (ঙাইহাক লেপ্পা) অমত্তফাও য়োরক্তে'সে। মমশিল্লকএ। কয়াদা মমায় পাল্ত্রিনো অনীসিনা তৌরি'সে। হুপী ঐবু অচিকপসিদা হুন্দো-অম্মগা! খৈত্ত-ফাও নাচুংদবনিসে। কায়দে, চত্তুনা হেক্তা থিরুগে। লম্বেলদা লিললা হখোঙসিদা কোক হেক চিকঅদি ফবু

করনি। শক অনীসিদি। (খোঙ্গল লীছনা মন্দিরদা লাকই। য়োবদা পুঙচোক চোকথৈ। অমবদা কৈন্থ উদে। মখিৎ নোইদনা উনবা লাক্লে) ময়া মন্মিবা! মৈ অমকাও উবা ফংদে। (কৌবা) কপিল কপিল। লৈতমানেনে! কমদৌনি ভৌরিসিদি! শুমিদাং অসিদা, ইথময়তা ক্রোক্রাক লাউবা মখোল তাই) ইমা! কনানো? কৈশাল ওইর- মানে! মহুং চঙঙক তোকঅরনি। রাম-রাম—শিরেদনা! চৎখ্রে। ইমা কালী! ঐবু কনবিয়ু। উপায় লৈত্রে নঙোন্দা নত্তনা চঙজকম লৈত্তে ইমা! (হকচাং অমদা থেংই. থংই) ইমা! কৈনো? কৈনো সিদি? (মাতুনা য়েংই। ইখঙ খঙহৌদনা লাউরকই। কপথ কই হে ভগবান! কৈনোনে ভৌরিসিবো। অনীমক! অনীমক চৎপ্রবা! ঐবু হৌরমদবা। কৈদৌনি ঐদি? দেব, ঐনা করি লঙজরুদনা—ঐবু ইভোমত্তা ক্রিবমসিদা হন্দোকঅম্মবনো? অম্মুক হুংশিত্রবা ঐ?বা? অহুগা কপিল, নঙম্থ? মপু নীংবা হুইগুম নমীৎ ননা ইতুক তুকথছনা—য়েংঙম্বা ঐবু। ঐবু কৌরমত্রবা? কয়াদা ওইজ্র ভানপ্রবা অনীনো! হিংচাবা। দুর্গা ইমা ইবেম্মা নচাগী লম্বেল অমত্তা পীনবিয়ু, নঙ নত্তনা কনাম্থু লৈত্রবীনি। কদায় চৎকনি, করি ভৌগনি? য়ুম চৎসিরা? কমদৌনা হনগনি। (ভাইহাক লেম্না) য়ুমদা! য়ুম চৎল কৈদৌনরুনি? করম্না চঙঙুরনি; করি হায়না তম্মুগনি? কনানা ঐবু থাজগনি। মহা হিংচাবী আসগী মরমদগা অনাহু হাৎনপ্রবনি হায়নরনি। হায়নরনি শোয়দখনি। ঐদ করি থোক্কনি? খনবদা থল্লাই অসি তনীক তনীকই। ইমা, কপিল, চৎপ্রে, দেবদত্তম্থ চৎপ্রে—ঐম্থ মহোয়নীগী মতুং ইনপ্রগে। (থাঃ পায়থৎলি, ককপা ওম্বগী থোনা লৈজদে। হমা নঙোন্দদি অঙ্গানি ঐ কৎলগা লোইরে, ঐবুম্থ লৎনবিগন্থ! (মথবাক্তা থাঙহ থাম্ম মথুৎ অনীনা নমথৈ। মতাংসিদা দেবীগী লাই য়েকপা ফিজঙ মকমদগী দেবীগী থোঙেল লাকই)

দেবী—হা—ইস ! (পদ্মিনী কিবনা নীকই তুম্মিন লৈ )

দেবী—ঙাইখো, থাঙচু থম্মু ।

(পদ্মিনী থাঙ লংশেল্লগা মপাল্দা চেনখোয়রকই । কনাম্থ উদে)

প— কনানো ? (কনাম্থু থুমদে । মখোল নিঙ্কা) ক—না—নো ?

(যম্ম ময়াম খোঙই । কিন্থনা পদ্মিনী মমিৎ উইশিল্লি, মনা মেনশিল্লি । ফিজ্জঙ মকমদা মহাকালীগী ভাংশং ভাংবা থুবাক তিংখোয়রকপা উই । ফিজঙ থর‍া থর‍া নেমথরকই । দেবী লৈরম্বি । মথুং তিংখোকহ মম্না কাখোকই অকিবা মূর্তিনি । যম্ম খোংবা লেল্লদা দেবী তিংল্লি য়াংলিরকই, হকাম চল্লকই)

দেবী— (হকাম চল্লুরগা) নম্বিৎ পাঙথোকও, পাঙথোকও থিনগন্থু ।

(পদ্মিনী পাঙথোকই য়েংই চেনশিন্দুনা মখোঙদা তুম্মে)

প —ইমা, দেবী !

দেবী—(তুম্মিংজিবগী মওংদা) অ, ঐনি । মমাঙঙৈদদি শ্থুংঙৈদা আরতী কৎলম্মি । পুঙ-ও, শেনও, পেরে-শিঙ্গা, মোইবুং, মাঙ্গং ঝান য়ৈশিল্লকপনা নাকোং অসি শীংজা য়ৈরম্বনি । মতমম্থদদি তুম্বা য়ারমদে । হৌজিক্তি ভক্তশ্থু লাকখিদ্রে আরতীশ্থু কৎলখিদ্রে । তুমজ্রবদি লৈবা হৈনদ্রে । (হকাম অমুক চল্লি) অ ! ফরে কৈনো ; নঙ হৌজিক করি পাম্মিবা ঐ পেল্লে করিনো হায়রো ।

প— ইমা ঐবু কনবিয়ু—

দেবী—খঙঙেনে । হৌজিক্তা কল্লেদনা ঐনা ।

প— অথুরনে কনবা হায়ববো ? কনাবরে ফরে অথু হৌজিকপু ঐবু কদায়' চৎলু হায়রিবনো ? যুমদা কমদৌনা চঙভুগদগে । হৌজিকপু ঐবু—।

দেবী—(শাউরগ) হোয়নে হোয়নে, তারেনে । হনজিল্লন্থু । ঐ' হায়রিসি তো । কেল্লিবা মকোক অনীসে মশা মশাদা পানশিল্লু, থাঙচু পায়রগা ভুকশঙ্গদা নম্মু । অনীমক হিঙ্গৎলনি । য়ারেকো ?

প— ইমা, নঙ নত্তনা ঐগী কনাশ্থু লৈত্রবনি ; নঙনা ঐগী থল্লায়নি , নঙনা ঐগী পুন্সিনি ; নঙনা ঐগী—

দেবী—করে করে। ঐ হায়রিছু তৌয়ো। বে-বে ভাঙ' লৈয়রু।
তুম্লিংবনা শিরে।

প— (চিংনরণ) রা অমত্তগা হংজহৌখিগে ইমা ?

দেবী—হায়রোনে, হোয়নে—য়ান্না শন্না হায়রু।

প— নঙোন্দবু লোনবা লোন্দবা লৈবা হৌনদে। ভুত, ভবিষ্য, বর্তমান, নখুত্তা লৈবনি। অছু দেবদত্তবু খিংবিহৌদবা করিগীনো ? কপিল-বুনা করিগী খিংবিহৌভ্রিবা ? অনীগী মনুংদা অমত্তংদমু খিংবি-হৌরম্মদি রানরিসি রানরম্মোইদবা। নঙনা তুমিন লৈবিহৌরিবদি করিগীনো ?

দেবী—(ঙকপা) মত্তমসিদা অছুদরা নঙ 'খঙনীংলকইবসে ?

প— ইমা।

দেবী—নঙগী বর মত্তাসিদি ঐদি অমুক্তা থেংনদ্রিহে না—বী।

প— নঙোন্দবু করি থুপকম লৈবগে ইমা।

দেবী—মছুমদি চুন্মি—।

প— অছু করিগী খিংবিহৌদবগে ?

দেবী খিংঙুবাইদমু ! ঐদো তুম্লিংমল্লদনা তৌনি। নত্রদি অনীসি মঙক লাক লাক ইন তানথোকঅমগদৌনি।

প— করিগীনো ইমা অছুদি ?

দেবী—মহা কৎখিদ্রবা ঙাক্তনি। শিরমদাই মঙক ইল্লকাওবা ওইদবা ঙাংই। মাই দেবদত্তা হায়ব্র কৈনো—অসিনা ঐঙোন্দনা মথুং কৎকে অছুগা ভগবান রুদ্রদনা মকোক কৎকে হায় রাশকথোকএ। নঙনা রুদ্রগী মন্দিরদা চৎসি হৌবা মাবু য়াব্রো ? মসিদা লাকপা তাবনি। মকোক করুরে। 'সিনিনে সেবকহন অসিনা তৌরিবা-ওইদবা মীথা পরেং। অমসিনা কপিল 'অয়ে, অসিনা প্র-প্রপ লাকঅগা মঙক থোক কৎলরে। শিরমদাইছু কাও মল্লপ মল্লপ

হায়নদা শোন' লৈ। ঐবু অমুক্তকাও শোন্দে। বাবহারগীদা ওইরবস্নু শেন্নুদনা মীয়ৈহৎ! অওইবমতা ঙাংদে। মরূপকীদমক শিরিবনে'য়ে! মরূপকীদমক! মীকিখি। মীনা দেবদত্তবু মানা হাৎতোকএ ঙাংনথ্রনি হায়না চিংন' তৌরিনি। চিংনবসি লৈরম-ত্রবদি নঙবু লোয়ম্মদৌনি। কোৎচাবসে মরূপ মরূপ হায়দনা লাউরমসাই। নঙহুম অশেং অশেংবা ঙাংই।

প— পুম্নমকসে ইমা নঙগী থৌজালনি।

দেবী—থৌজাল-সুংজান কৈন্সু নত্তে। নঙস্নু নশাগীদা য়েংবা মীতানি, অছুননি। অছুননি নঙনা অচুম্বা ঙাং সারিবা। ফয়ে য়াখি-রায়েম ভৌরহু ঐনা হায়হু তৌ অহুগা নমিৎ চেজেৎ উশিল্লগা লেপ লৈয়ু।

প— ফগনি।

(পদ্মিনী অথক-অথক অহা-অহা হকচাং অনীদা মঙক অনী হায়বদি মায়উপ অনীহু উপশিজি। পাথৎখিবনা ওয়না উপশিনম্রে—দেবদত্তগী কপিলদা কপিলগীনা দেবদত্তগী হকচাংদা। মঙক মঙক্তা থাঙহনা নম্মি। কালীদা থুরুম্মি; মতাইয়োমদা হন্দোক্লগা কালিমাইদা মতুং ওনশিন্দুনা লেপ্পি। মমিৎ চেজেৎ উইশিজি)

দেবী—(মায়থিবা মাজরবতম) ইবেম্মা। অশেংবা অচুম্বা হায়বসে, মাগীস্নু ঙমখৈ লৈফমদি থোকপনি। ফয়ে ফয়ে য়াইফবা ওইজরো।

(যন্ত্র; ফিজঙ থনগৎলকই, দেবী ফিজঙ মকমদা লৈখি। মথংগী দৃশ্য উৎপা হৌয়কপদা ফিজঙ পায়রবহুম্ন হন্দোকম্রে। পদ্মিনী মমিৎ উইশিন্দুনা লেপ্পি। যন্ত্র লেপখি। ঙাইহাক উন-য়াইমুক চিকই। ভগ্না ভগ্না হৌগৎলকই। অনীগী শাজৎ যন্ত্রগী মওংদা লেঙথোৎপদৌনা ভৌই। ঙাউফিং ঙাউফিং মমিৎ-মমায় মথোঙ মখুৎ মা থোক্তনা থঙনবা লাক্লে। নাক-য়েৎ কোয়েং য়েংই। হৌজিক্তি দেবদত্তগী মায়উপ উপহুমু দেবদত্ত কৌয়নি কপিলগী উপহুনা কপিল। অনীহু লেপথৎকে লাক্লে। য়াম্না য়ানা লুনা থোকই—হাইমং হাইমংই। ভগ্ন ভগ্না লেপরকই। পদ্মিনী লাঙতক্লা লেপ্পি।)

দে—কৈনো তৌরিসিবো?

ক— তৌরিসিবু কৈনো ?

(পদ্মিনী মরিৎ পাঙথোকই। 'মহোয়দা য়েংবা ওমহে)

প— দেবদত্তগী খোজেল ! কপিলগী মখোল (হয়াওনা কৌবা) কপিল ! দেবদত্ত ! (অনীদা হোৎাচম্নি ! খঙলেপ লেম্মি)

ক— (পদ্মিনীদা) কনানো ?

দে— পদ্মিনীরা

ক— কৈনো তৌরিসিবো ! কোকসিনা স্নুক লুম্মিসিবো

দে—ঐগী হকচাং অসিনা 'স্নুক লুমথরিসি কৈদোরে ?

প— (মায়কৈ মমচুনা য়েৎলোম মায়রোম কাতু-কায়ন চৎলি) কৈনেগে ঐ' তৌরুরিসিদি। কমনো ? ইমা, কালিমাই ইমাইবেম্মা কৃপা তৌবিয়ু। হে রাম ! কৈদোনি ঐদি ? ইমা ইমা, নঙ নত্তনা ঐগী কনা লৈ ? কৈদোবা ভাই ? (কপ্পা)

দে—(ভাব তারকপা) কৈনো ? কৈদোরে কপ্লিদি

ক— কৈদোনরে ?

প— করি হায়না তমসিগে দেবদত্ত ? করি হায়না হায়গনি ? দেবী ইমানা স্বয়ং ওইনা চোংথোকপিরম্মে ; ইমানা নহোয় অনীগী থন্নাই অমুক পীনবিরে। অত্থূদা ; অত্থূদা ভাওথিবনা ঐনা, অমম্বত্থূদা— ইমা ! ঐবু কনবিয়ু ইমা ! —অদ ... ... কোক অনীত্থূ পান-শিনবদা ওন্নপ্রে। ঐবু ভাকউ ; ঐনা লানপ্রে—ঐসে মহা পাপ-পিনী ওইরে হিংবা চুমদ্রে—ভাকপিয়ু, ঐবু ভাকপিয়ু—

ক— (দেবদত্তদা য়েংদা) হা, কোক—

দে—(কপিলদা য়েংবা) ওন্নরবা ?

(ভাইহাক তুমিন লৈ। পদ্মিনী কপ্পি। ইখঙ খঙহোদনা দেবদত্ত অমদি কপিল শিথমথে নোকথোরকই, ভাইহাক নোকই)

ক— (নোকনা) ওন্নরবা কোক !

দে—কোক ওম্ববা !

(অনী চঙশিন্নুনা কোয়ে। মতৌ উবদা পদ্মিনী কপ্পমবদগী ওকই। তপ্পা তপ্পা মায় নোকলকই। মহোয়'নাগী মনাক্তা চঙশিল্লি)

ক— ওয়্হোয়ব্বা কোক !

দে—হুংঙাইহে ! অম্ভুক কূইবসি তিম্ববগী মরিদনি—

ক— হৌজিক্তি ঈগী মরিম্নু নৈরে—ঈগী মরি।

দে—হা হা ... ... পদ্মিনী নঙগী থোজাল্দনি ! ঙাকপিয়োয়ে ! ঙাকপা নক্তে নঙবুদি থাগৎকদবনি।

(অনী মথুৎ শমৈ, পদ্মিনীবুম্নু চিংশিল্লি। চোংখিরে, নৈখিরে, অগোয় শাখিরে, নোকখিরে অহুম ; অমগা অমগা ওনশিল্লদনা হায়নৈ)

—ওম্ববা—

—কনানা জয় ওইবা

—হায়য়ু ভাসি

—কনানা মায়থিবা ?

(পদ্মিনীনি বাহুনা ফমথে। মহোয় অনীম্নু ওইদা অমা য়েৎলোমদা অমা তুথে ; থয়ো থয়ো ওল্লি)

ক— অস ! ঐদি চোকথবনা লোইয়ে।

প— য়াম্মা য়ারে।

দে—অম্নুমাইনা—মকম কৈদম্নু থোকঅমমোই।

প— নহোয় অনীগী নঙক কেলম্বা উবদা ঐদি কিরুয়ে—অদৈ অমুক হৌগত্তুনা কম্মকপৈ অহুদদি অমুক্তোইনা, অমুক্তা হেম্না কিথিবনা কৈনো 'সিনি হায়কম খঙদে।

দে—(কপিল্দা) অহ্ হৌজিক্তি ঐ অমুক চোংবা, উ কাবা ঙম্মনিনা ?

ক— (দেবদত্তদা) অহুগা ঐনা আয়ত্তা কৎপদা থুৎ ওইমি হাইদনা শরিক খিং হৈয়নি। (অনী হৌনা নোকখিরে)

ক— হায়বদবু থাজনয়রোইনে।

প— (ভহা-ভহা) অহু হায়দোক্রুগা লোইরে।

দে—ঐখোয়না খঙনরিসিনা লোইরবা।

প— কৈ। শান্নিন নান্নিন কাওবা কংহন্নব্রা।

(অহুম নোকমিন্নৈ)

ক— অহু য়াবু য়ারোইনে; খঙনয়ক্কনিবো। ঐখোয়বু ঊবদা খঙনরকনি।

দে—খঙজোই, কৈনু খঙজোই।

ক— অহু—

দে—হায়দা হায়দোক্নগুমসি—

ক— অহু কম্মাই'না য়াদোইনো?

দে—য়েংউসে। হৌজিক্লা য়াবা হৌরবরো?

প— করে চৎলসি।

ক— হায়গুমদনা খেংপ্রে।

দে—উজ্জেন চৎলগুসি য়ুমদা চুমজ্রিং হল্লসি।

ক— কৈ।

প— উজ্জেন অসিদি পুন্সিগী কাউ য়ায়রোই।

(অহুম তপনা হোগৎলি। ময়ক ময়ক্তা নোকই। দেবদত্তগা কপিলগা হেক য়েংনবগা নোক্লিংবা খাঙবা ওয়দে। পত্মিনীমু ময়ক্তা নোকই)

প— (দেবদত্তদা) য়েংজোই, য়ুমদদি কম্মাইন লোৎকনি। নশা অহু ঊবদা হেক্তা খঙননি।

দে—খঙনবাইবু কৈনো? ঐখোয়'নীদা কৈনু ইত্তো ভোদদোনা নৈরগা লোইরে। তুমিন্না নৈয়ু।

ক— (নিপাইবা) হায়দি?

দে—হেরা য়ুমদবু হকচাং পায়' পায়দনা য়েংগত্রনে?

ক— ঐ' হায়দি অহু নত্তে।

প— ঐ থাজদে। হৌজিক্লা কয়াক নীকপা হৌরে। মমৈদা চৈনদোরিসি ঐবুনি।

দে—কৈ'ম ভা চিংমনুসে ! —

ক— অদ, নঙগা পদ্মিনীগবু করি থোক্লদনা ?

দে—(থংলেপ) হা কৈদৌবা ?

ক— পদ্মিনীদি ঐগা লৈদোদা। ঐগী মুপীদি ঐগা লৈমিন্নদৌ নত্রনে—
(দেবদত্ত, পদ্মিনী ওকই। অঙকপগী মুথ মচিন মচিন্দগী থোরকই)

প— কৈনোনে কপিল নঙ' হায়সিবে। ?

ক— করি হায়বাইবু—নঙসিবু দেবদত্তগী মুপী নত্রো ? ঐসে, ঐসি
দেবদত্তগী মশানি, নঙ ঐগী মুপীনি নত্রো ?

প— চৎথোদা !

দে—অঙাও-অকৈদৌনা চকচক ঙাঙঙনু, দেবদত্তদি ঐনি।

প— (কপিলবা) অহুমাই ঙাঙ শারিহুবু ইকাইত্রো ?

ক— (নীংথিনা ভাকপা) ঙাইথো পদ্মিনী দেবদত্তগী হকচাংনিদনা ঐসে—?

দে—হোয়নে, খঙঙেনে। ভেনবাদৌনা হন্না হন্না থিবৈ কান্নবা লৈভেনে।
শাস্ত্রগী মতু'ইন্না কোকসে মসিনা মীওইবগী থুদমনি, থুদম— ।

ক— (শাউরপনা) ওইরমগ'নিনে। ব্রাহ'দি অহু নত্তে পদ্মিনীসি কনাগী
মুপী ওইদোইনো, 'সিনি। (মখুৎ ৱেৎ থাজৎলগা) মাল্লব ময়াইদা
লৈ হকথিবহু অসিনিনে। হকচাং অসিগনিনে মাগা অমুক
কুইনা লৈমিন্নরকইসে। হকচাং অসিগী মমিনি মাগী গর্ভদা—

প— (মবৈদা হৈনরকহনা শাউবা)নত্তে, নত্তে, মুকনৎ নত্তে (দেবদত্তগী মনাক্তা
চঙশিনবা) ওইবা য়াবা হোনদে নত্রনে দেব ?

দে—মুকওই ওইবা য়াবা য়া নত্তে, চান্নবী। নঙ মিপাইনু—মানা পঙ'
ভৌরিনি। শেরান-তুরান পঙঙাঙ ঙাঙঙিবাইহুনি। (কপিলদা)
নুহোঙবাইনা হোঙনরিসে মীশকুনি হকচা'দা নত্তে; মায়ে দেব-
দত্তগী হকচাংদা মুথ পানবা নত্তে দেবদত্ত হায়বা মীশক অহুদনি।

ক— মহু ঐশু য়াইনে। অহুবু ঐনা হায়বদি দেবদত্ত হায়বা মীশক্তো
ঐনে ঐ। ঐ দেবদত্তনে।

দে—ঙাইখো ঐনা হায়'সি তাখো। কায়াৎ ময়ামসিদা খাই'মথক খোংবা, খাইদৈ মরূওইবসি কোম্নি—কোক। হায়রিবা কোকসে তু, ঐঙোন্দা লৈরে। অতুনা ঐ দেবদত্তনি। শাস্ত্রনা লাউরিবগি অসিনি।

ক— শাস্ত্রইসিদি শাস্ত্রনি। পুনীং পুনীংবদা য়াবনি। অতুগা ময়াম মমাঙদা সাথি-সাবোন মমাঙদা লুহোঙখিবদো হকচাং অসি-গনিনে ভাব তাখোনে। অতুনা ঐ দেবদত্ত অশেংবনিনে।

দে—(কবেয়না নোকপা) তারেদনা পদ্মিনী ? দেবদত্তনে'য়ে, শাস্ত্রগী ময়ান্থ লৌত্রি। দেবদত্ত ওইরদবু শাস্ত্রগী য়া লৌরোইদ্রো !

ক— নঙ হায়নীংথৈ হায়জো ঐনা শোদো লৈত্রা ! চৎসি লাকও পদ্মিনী, ইতৈ-ইনাও য়োরসি।

(পদ্মিনীয়োমদা চঙশিন্নি। দেবদত্ত ময়ক্তা চোংশিন্নকই)

দে—হেমজিন্নকনু, খঙব্রা !

প— দেব চৎসি লাকও। অপঙরসিগা মান্নরুহু। য়োরসি।

দে—চৎসি।

ক— (অনীগী ময়ক্তা লেপ্পগা) ঐগী হুপীবু কদায়দা পুদোইনো মরূপ ?

দে—চৎখোকউকো ঐনে,—।

ক— কৈনা হাইজিন্নকইদি নঙনিনে !

দে—(কন্না) হনদোকউ, মীনা হন্দোকউ হায়বেদনা ! চৎখোনে ওক নঙবো !

ক— (জয় ওইবগী মওংদা) উরেদনা—পদ্মিনী, উরেদনা। মপাঙ্গল কল্লি' উৎলিসে ; খোন্দাসে তারেদনা। খল্লু নঙশু পদ্মিনী ! দেবদত্তবু অন্থমাইন তৌব্রা ? সিদি কপিলগী লোনচৎনি।

দে— চৎসি পদ্মিনী

ক— চৎলু। হুপী ফা' পুথ্রগা ঐবু তুমিন লৈনি হায়' খনব্রো ? নহোয়না চৎতনবু কদায় চৎকনেগে। ঐশু লাকনি। লমজাউ সোরোক্তা কোয়লাউ লাউনি, য়েংউবা— !

প— লাইউহৌজসন্থ, লাকও চৎসি।

দে— (লেপ্লদা) হে! মসি হ্বাইদা শেংদোকঅম কৈ। অা-শহরদা বদনাম চা তোকঅরনি।

প— কনানবু মন্না ভাবিনে'গে? নশক উবদা নঙবু দেবদত্তনি হায়নররনি।

ক— হায়নররনি। ধর্মপুরীগী প্রজানা কপিলগী মশা-মউ খঙদবা য়াওব্রো? মল থেংনবা খুদিংগী উদনভা লৈরিবনি। খঙই-খঙদে য়েংসি।

প— (হায়জবগী মওংদা) ওৎলমুবা কপিল। 'মুক কুইনা ভিম্নরকএ, মুমদা লৈমিন্নদৌ তৌরে। অদুগা ভাংভিবা ন্নাঙাং অদুবু—।

ক— নঙনা পাম্মিবাদা ঐ খঙই পদ্মিনী। দেবদত্তগী কোক কপিলগী কররা মশা—

প— তুমিন লৈয়ু, কয়াদা কৎত্রিবা মন্নাপ্লো।

দে— (চাউখোক্না) হোয় পাম্মি হেক হায়য়ু। করিবু কায়গে? মুপাগীনা মশা মুপীগীনা শক—মশানা ভাবসি।

ক— চুম্মি। অদুগা মসি হায় হায়দুনমু মপুরোইবা নত্তবা মুপাগা লৈমিননৌ হায়বদি নত্তে। মদুদি চুমদে, কত্তে।

প— (কপ্পা) ঐবু কমদৌসিগেনে তৌরিসিবো! চৎলসিবা কৈদৌগে। কদাইদনৌ অমদঃ চৎলসিবা, উমংদরা ন্নামংদরা কদায়দনৌ'মা—

ক— ঐবু হাৎলমখো শাস্তি কংগে, ঈংনা লৈমিন্নগে হায়রবাদ। হাৎলরাউ! ঐগা কপিলগা থেংনর্বাদি ভম্মোই।

প— (অনৌবা মরৈদা) ঐনা নঙবু হিঙৎহনবা নত্ত্রো, তৌবিমনদা ওইরবমু খঙউ কৈদৌগে।

ক— তৌবিমন। হিংহল্লমত্রবদি নঙদি লুপ্রা ওইরমোইদ্রো। ঐগী মুপীনা মথন্নায় হিংহনখিবা মী অদুদনি লমন তোল্লিবদি। অদুগা মানদুম লাই শাররে।

প— ইমাই!

দে— মদুনদি চমখোক্নবা ন্নায়োই, কপিল।

ক— দেবদত্ত হায়য়ু, দেবদত্ত।

দে— অমবু কৌরবন্থু অমবু কৌরন্থু, মহুনদি য়ারোই হায়রিবা।

ক— কমদৌ' য়ানি! লুহোঙবা হায়বসিনা ইচম চম্বা য়ানবা অমনি হায়রম্মদি য়ারম্বু য়াই। পাদ্মিনীগী চোইরোনসিনদি য়ারোই।

দে— কৈদৌরগা য়ানি 'হুদি? কমদৌসিগে হায়রবা?

(অহুমমক মফম মফমদা উমুংবগুম লেপ লৈ)

ভা— কমদৌসিগে? করি থুমগনি? ময়াইবক থীরবা অহুম অসিগী মচিন্দগী থোরকইবা পুন্সিগী সমস্যা অসি কমদৌনা কোকনি? অহুমসিগী লাইবকসি পাথোঙদা পাথোগুম লৈহৌবা তারবরা? লৈহৌবা তারগদি তিনবিরিবা গুণ লৈরবা ময়ামগী মিংদা থীহৌবা তারে। মসিনদি য়াহংগী পোৎলুম অমা থোনগৎলগা কায়নরসি হায়বগী য়া ওইনা তৌরে। মহুদি য়াদে; মতাচাদে। করি উপাই লৈবগে থনবা তাই। য়াম্না চেকশিন্না থনবা তাই; থিবা তাই। তহা-তহা হোৎনরুত্রবন্থু য়ারি। অহুনা ময়াম্মক ঙাইহাক্তং পোৎথ'সি—। তথ্যায়গী পল্লেপফমনি হায়বিগেরা কৈনো।

ইশা ইশাগী ফমফম অহুদা পোৎথারোই হায়রগন্থু ঙাইহাক ঙাই-ঙাক্তং লেঙথোকপিরুরগা, চা-সুং কানবিরুরগা অমুক লেঙশিন-বিবকসি। য়াফম অসি থনবিরুরগা করি উপাই লৈবগে য়াথল তৌরগা অমুক উন্নসি। অহুগা 'সিদা পুম্না অমুক থিমিন্নবাইহুনি।

(ফিজত পায়বা থোরক্লা কপিল-দেবদত্ত-পদ্মিনী অহুমবু খুনজিনৈ তাগবত অমদি মাগী কাওবু ফমাকগী থোকথি নত্রগা মফমহুদা ফম্মগা চা থকই)

অহানবা তথ্যায় লোইবা

## অনীশুবা তখায়

(কপিল-দেবদত্ত-পদ্মিনীদা খজিবা মিজত হাংদোকই। অহুমছু হায়গী মওংদা চপ লেপ লৈ)

ভা— কমদৌসিগে? করি খুমগনি? ময়াইবক থীরবা অহুম অসিগী মচিন্নগী থোরকপা পুন্সিগী সমস্যা অসি কমদৌনা কোকনি? অহুমসিগী লাইবকসি পাখোঙদা পাখোঙগুম লৈহৌবা তারবরা? লৈহৌবা তারবদি তিনবিরিবা গুণ লৈরবা ময়ামগী মিংদা থীহৌবা তারে। মসিনদি য়াহংগী পোৎলুম অমা থোনগৎলগা কায়নরসি হায়বগী য়াকম ওইনা তোরে। মতুদি য়াদে, মতা চাদে। থাইনা মমাংঙৈদা মতম অমদা পৃথিবী অসিদা কোরৌহনবগী মতৌগুমা মতিক-মগুণ লৈবা বিক্রমাদিত্য হায়বা নিংথৌ অমা পাররমী। মঙোন্দা বেতালনা য়াহং অসিমক হংখি, নিংথৌনা মিৎনা কুপ্পদা পাউখুম পীখি। নিংথৌগী পাউখুমদো, চুম্মি, অচুম্বা মরৈনি, শাস্ত্রগী মতুংইন্না মতিক চাবা পাউখুন্নি। অহুবু ওসিগী সমাজ অসিদবু য়ানয়গত্রা?

তা—(শকপা) থাজদেনে য়ানীংদে,

শরর পান্দ' লেত্তোননা,
তুংগী য়ানা লাংথাকপা।
পাবা তাই নোংদম মাগী,
থূৎইছু পুঙতোপ তোপ্পা।
থোকপা তাই মথূৎ মানা,
কিশিছু পুলহললবা,
লৌশিং মাদি য়াদবা।

লমজৈ থানা ওনগনি
ঈচেল মাগী অরুবা
মীৎয়েং কারল রাংমদা
অথুপ তু'শুম চেল্লিবা।

(তাংবা) মসিনচুম মতা চারনি। অদগী, ঐখোয়গী মরাইবক খীরবা অহুমদো পাউথুম খিবদা অমুম চৎপনা লৌশিং লৈরবা লম্বোইবা খঙি লাইনীংবা অমগী মনাক্তা থুগুওরে য়াকং অসি মওোম্দা হংউরে। ময়োল অহুম হোত্রোং উরবা অহুনা, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী পাউথুম নীংশিংলবনরা কৈনো, তাকপিরকখি—(মখোল ওইগা য়ায়া চাং লেখা খোনকমদা লাউরকই) উগী মরক্তা কল্পবৃক্ষনা থোইবগুম, কায়াৎশিংগী মরক্তা কোক হায়বসিনা থোইবনি। অহুনা দেবদত্তগী মকোক পাল্লিবা সুপাসে দেবদত্তনি পদ্মিনীগী অশেংবা মপুরোইবনি। (চপ-চপ লেপ্লিবা অহুম অছু তাব তাবকই। দেবদত্ত অমদি পদ্মিনী হরাওনা চৈনগী মতাই অমদা চংলি, নীংবা কায়রবা কপিলনা অতোপ্পা মতাই অমদা)

দে—(পদ্মিনীবু কোম্বনা) সুংশিবী, দেবগী পদ্মিনী—

প— দেব, পদ্মিনীগী দেব—

দে—থমোয়গী পিক্তক চেংতকপী নোংথাং লৈমা—

প— পুন্সিগী মৈরী ওইরিবা—

দে—পুন্সিংগী লৈরাং ওইরিবী—

প— (দেবদত্তগী পাখোম নাক নাকচনা খোবাংনা) চৎসি। চৎসি, চীংয়া তময়াগী কোরী চেনবা লম, শংবানবনা করাংজী থাবা লম, ঐবু পুবিরো চৎলসি চাম্বা।

দে—চৎসি চাম্বী, চৎসি, উত্তোন য়াতোনগী থাকথম্না অতিয়া শীয়া থনবা মফমদ্ব তাম্না চৎসি।

প— পাক চাউরবা পামেল কংজরে, করম্বা থাকথন অমুক পাম্মুরনি?

দে—থমোয়গী মবেম্মা—পদ্মিনী লমদম পুয়মক নঙনি।

প— ঐগী দেবদত্তনা ওসি হকচাংগী অনৌবা লৈতেংনা শাজোল্লবা বরগুম য়ৌরকঅবদবু—

দে— (মুপাগী মীনোক্তা) কনা মানা শেৎ চারবা কান্দত্তা লৈতেংপোৎকী মগুণ লৈরকপনি।

প— (খাওমদনা) চৎসিবা। (তুম্মিন ওাক লৈবা) ওাইখো। (কপিলগী মনাক্তা চঙলগা) মুংঙাইতবা তোগহু কপিল। অমুক উম্নসি, কো? (খোন নেয়া) য়েংঙোই, দেবদত্তগা লোয়নবা হায়বসে ঐগীদি ধর্মনি। অহু নওগী নশাগনিদনা ঐনা লোয়নরিবসে। মসিদা নওহু পেল্লো হায়বা। (দেবত্তগী মনাক্তা) কয়ে কপিল অহুদি, য়োরগে।

দে— কপিল, অমুক উম্নবাইহুনি।

(অনীনা-হরাওনা নোক-খেদনা কোয়হুনা চৎখি। কপিলনা-মন্ন নুকখদনা— তুকখহুনা লৈহৌই। ওাইহাক পুমচিক চীকই)

ভা— কপিল! কপিল! (খুমলক্ত্রবদা) কপিল. খোইনা মুংঙাইতবহু তৌরুহু। লাইবক্তা তমখিবাইসিদি কনানহু—

ক— (খংনা) কপিল? কনাবো? ঐ, ঐবো কপিল? ঐবু কয়িগী কপিল? (খুনা য়াংনা চৎখি))

ভা— অমুম তৌনা লপ্সেল তোঙান তোঙান্নব্রে। কপিল উমংলোমদা হাইজিনব্রে। ধর্মপুরীরোমদা অমুক হাইদোরকখিব্রে। ধর্মপু-রীদত্তা নত্তে…মীনিন তাবা খুজংকাওবদা খোয়ক্রে! অসোমদনা দেবদত্তগা পদ্মিনীগা ধর্মপুরী য়ৌব্রে। মুংঙাইনা পায়ব্রে; তয়ায়া পুন্সি লেনব্রে।

(পদ্মিনীনি কন্সি. অঙাংগী ফি লোনবা তুবগী মওং তৌই। দেবদত্ত চঙলকই। চাউর-চাউরবা লাইবী অনীখক পুয়কই। লাইবী অনীসি অঙাং অনীনা শাহনবহু য়াই। দেবদত্ত তুম্মিয়া চঙলগা পদ্মিনীগী মতুংদা লেপ্লে।)

দে— য়া— !

প— (খংবা) ইমা! (উবদা) কৈনো ঐদি খংহুরেদা! হেক খংহনবসিনা য়েতুয়া খিব্রে, ঈ খোকঞ তো!

দে— ও ! চো চো…ঈ খোকএনহৈ। কদায়, ঐ চুপথোকে—

প— য়ারনি। ঐ চুপচগে। (লাইখী উবদা মমিৎ লাউখোক্লা) হাইমা ! ফজরেদা কনাইনো ?

দে— কনাই ওইনে'গে ? ঐখোয়গী। অপিশক অমা খোরকদৌরিহুদি ? মাই'শারপোৎ।

প— চো ! ইকাইখু নাইদে। খুকয়াম রাৎলিবো !

দে— রাৎচসন্থ। পাক কংগন্দে অসিগুম্বসে। উজ্জেন মেলাদৈনি।

প— কয়াদা ফজরনো ! পামজরেদকো। (চিংশিন্নগা) অহিংবদ অহিংব-দৌনা, মমিৎনা মমিৎ মুংশিন্নিবা ; (চুপ্নি) মেলাদা কৈ-কৈগা য়াওই ? ঐবুদি পুবিদে।

দে— ফিবম অহুদা চৎলুসি হায়দৌহু ! ঐমু চৎলোইদৌনি, নঙনা হায়বৈ চৎপনি। চৎলুবা য়াম ফরে। অঙকপা থৌদোক অমা খোক-ল্লেদনা। মী য়াম ওমশিল্লি কৈনো হায়' য়েংউবদা মল থেংনবা ওইরম্মে। কামরুপকী অকনবনি হায়দনা কনোনা লাম্বা চোং-খোরকউ কনা লৈ, হায়দনা শীংন-খোল্লাউ লাউগ্লনা লৈরম্মে। তৌবদু মমাঙদা কনামতা থাঙ ঙমত্রজাৎনি। ঐ কনা থাঙঙম্মি। অদৈদি ফি শেম্মগা কন চোংশিল্লি।

প— (লাইথি চুপ্লগা) অ', অওইবা ?

দে— অওইবা।

প— মলদি অমুক্তম্মু থেংনরক্তনা নঙদি ?

দে— অহুকা খল্লুপোৎ নত্তে। অপুনব'মা হেক য়াওল্লেদনা। অদৈদি ইন্নরে। লোংল্লৌ অহুমদা কামরুপকী অকনবহু ঐনা শেৎ-খবু।

প— (নোক্লা) পাবুঙনা তারগা করি হায়নি ?

দে— ঐবু খঙবমথৈদি ঙকপদা লোইরে।

প— (চঙশিন্নুনা মপাখোম কিৎ কিৎ নম্মগা) নোংমমু খুৎলাই ঙরাইকমদা থাঙ হাইনবদা লাম্বাহু তথি তথি তৌবিখিবদো ; ঙসিকাওবা য়ারীনরি। হ ! পংহেন হেল্লহু মীনা চিংনয়কঅনি।

দে— কি নোথোকঅগা লেপ্পদকাওবা চিংনত্রেদা। চিংনবদি হায়রকু স্বরূপ অমখক্তি কপিলনা ভম্বিবা ওইরিনি হায়রকই।

প— ভমন্থ ভম্বিবনি।

দে— য়েংউনে পদ্মিনী, ঐদি মল থেংনবা থাঙ হায়নবা ঈরোইবা পূমমকসিদা মাথা চঙই মাথাননি থল্লহনি। অহুগা হকচাংসিনদি ব্রাথলকা ঙাইয়স্পোৎ নত্তে—কন হেক্তা চোংশিনবা জাৎনি।

প— লাম্বা লৈত্রবা নশা, অনী শুত্রবা মাথা লাম্বা লৈত্রবা দেবদত্ত!

দে— নোং নিনিসি মী কযা থেংনরুরে অহীং কয়া তুম্ফম চাকম থণ্ডখিত্রবনি। অহু খিত্তকাও চোকথদে। (চোংহুনা) লাউ গাড়ীদা ষন পানশন থম্মি; পাৎ-য়া কোয়রুসি। চীং কানীংগুম্বা, চেন-চোংনীংগুম্বা পাত্তা জা-ম চোংথরগা ঈরোইনীংগুম্বা'মা ভোরকই—

প— ঐদি ভোরিবা কিবম অসিদা কদায়' য়ারনি?

দে— নঙবু য়াও লায়ব্রো? নঙ কম য়েং লৈয়ু। নচানুপাদো হেক থোরকপগা ঈরোইবা পুবিগে।

প— নচানুপাদা হায়'লৈ, মুপী পোকলঅদি?

দে— মুপী ওইরগা নঙদো' ভোরে, ভম্বিনি।

প— (নোকঅগা) অওইবা! (দেবদত্তনা মঙোনলোমদা থংচিং চিংশিনবা) অ…… ! কোয়রুসি হায়হু কৈদোরবা?

দে— হোয়নে! লাকও!

প— (লেপ্পগা) হ! দেব—

দে— কৈদোরে?

প— নঙ নশাদা চন্দনগী থাও তৈমাল্লে?

দে— মনম মুংশিত্রো?

প— মুংশি, অদ—

দে— অদ—কৈদোবা?

প— (চিংনরগ) হায়দি অচম্বা মনম অমা—অহুনা হেন্না হৈনৈ—

দে— (ওকনা) ঐদি পিশক পিকইঙৈদৈ অসি শীজিন্নরকইনা—।

প— অহুই নত্তে। কালী-মন্দিরদগী হল্লকপদা নশাদগী মনম অমা—

দে— হায়দি ঈরুজদবা কপিলগী হুমাং মনমদো! (থাজদনা) মহু হৈনৈ'রবা?

প— (ভাইহাক তুমিন নৈ। খোইনা লুনা লৌকদবা শারকনা) অ… কৈনো… কয়েসে পাৎ-য়া চৎসি। (চৎখিবগী মওং)

লা-১—তুকৎচৈ! থুই!

লা-২—হাবত!

(পদ্মিনী-দেবদত্ত চঙলকই। অভাং পম্মংই। অনীহু অভাংগী মরমদা য়ারী শাই ওআও চুপ্পি, নোকই অহুগা চৎখি। প্রয়মফুসি বা অমত্তা চাংদনা অভি-নয়তনা ফোংদোকদবনি। অভাংহু উনা নত্রগা ঙিনা শাবা লাই অমনা য়াই)

লা-১—ঐগী লেংজুমদা মিরাং থুরে।

লা-২—ওরাং অহিং উটীনা খুদোম্বীসি চিকথৎলম্মে।

লা-১—নহান্না থরমিনা মিৎ অসি চিকঅম্মবনি।

লা-১—থা তরুক পুরা কারে ঐখোইবু হন্না কাও' য়েংদবা।

লা-১—উফুল খৈত্তফাও কনখোকপিদে।

লা-২—থা তরুকতা কিবম অসিয়োরবকো! চহী অমদদি কয়ম খোকঅগবা! (পদ্মিনীগা দেবদত্তগা চঙকপা)

প— তারিব্রো?

দে—কৈনো—?

প— হন্দক্তি। ঐনা হায়দো, য়াদোনিকো।

দে— কৈবো?

প— পাৎয়াদা অমুক্তা কোয়রুসি হায়দো।

দে— অভাংদি?

প— পুর' লোইরে।

দে— ঈংপ্রবসিদবো?

প— ঈখঙ' কৈদোয়ে'গে ? চাউরেমা। ঐদি নোংজু-সুংখা মরক্তা চাউরকই। কৈন্নু ত্তোদে। হৌজিকমু লুমুকাও শাত্রি।

দে— হেরা, কৈন্নু কায়দবদা য়ানবা !

প— য়াবা, য়াবা ! নঙবু কৈদোগ্রগে? ইমুংসিদা ফমজিন' শুম লৈসিবো ! থোঙ্গানকাও থোক্তবসিবো ! ঈয়োইবা চেনবা চোংবা মল্ থেংনবা লোইন ত্তোকঅসিবো কৈদোরগে ?

দে—পদ্মিনী, ঐ ব্রাহ্মননিনে।

প— খঙঙে, খঙঙে ত্তারে। হয়া হয়া ত্তারে।

দে—চোংবা ফনবা, মল থেংনবা, থাঙ-তা——নহানয়াইদি য়ারম্মি। কয়াম কূইনা য়াদগে! থবক অতৈমু লৈ'শাগে নাতৈগীথবক লৈ, পাবা ইবগী থবকমু—

প— (শাউবা) লৈরিনি। (ফেৎ হাইদোকই)

দে— ঙাইখোনে পদ্মিনী (লেংবান্দা হুংশিনা পায়বি)

প— (খংবা) কৈনো ?

দে—কৈনো খংইদি ?

প— কৈন্নু ত্তোদে তু চুংঙিবা, নিকইবা।
(খওইনা ত্তৌবক্তবদা দেবদত্ত হুংস্থক হুংজানৈ)

দে—(খুৎ লোথোক্লগা) লাইরিক অথাবা-ধর্মসিনধু'হুদি কদায়' থমত্রে। অমুক্তা য়েংদ' য়াত্রে।

প— লাইথী থম্মিহুদয়া কৈনো লৈগুম ত্তৌনি ; য়েংউ।
(দেবদত্ত লাইথী মনাক্তা চৎলি অমা ইনথোক'অগা লাইরিক অমা লৌবগী মওং। মানা শোকপদা লাইথী মতু চুংই নিকই)

লা-২—কৈদোরে, খংইদি ?

লা-১—মানা পায়রকইবা! ইথঙ খঙহোদনা—

লা-২—কৈদোরবা ?

লা-১—মথুৎসে। মেলাদা ঐখোয়বু পায়বা মতমচুদি মথুৎসি মত্রং-মত্রং হৈরদনা ইকন কনবা। হৌজিক্কা থোৎলদনা নুপীগী মথুত্তোনা তনৌ তনৌরদনা—।

লা-২—হোয়নে ঐসু হাইকেৎ উহৌই।

লা-১—কৈবো ?

লা-২—মথাদো। কয়া করমথ্রবা, মচি কারদনা।

লা-১—হৌজিক্কা ইহিক হিকথগ্রে।

লা-২—মবুক অসিসু ইথুই থুইরে। মা'ইসিবু কংঙকত্তোইরো (অনী নোকই)

লা-১—(মবুক্কা মথুৎ অনীনা তম্বগা) হোয়নে অসুমাই কংঙক্তনা।

লা-২—(মত্তৌ তমহনা) ঐ, সুমাইনা কংবা।

লা-১—(মত্তৌ তমহনা) সুমাইনা।

লা-২—হেন্না কংঙকখিনি।

লা-১—নুপীনা অঙাং অমা পোকপা—

লা-২—মুপানা কংবদি—

লা-১—(পুক পোকথাইবগী মওং ওৎলগা) বো-ক।
(অনী বানথবমথৈ নোকই। পল্লিনী অঙাং পমহনা চঙকই)

প— (ঈশৈ শকহনা অঙাং ভথি)

লাক্লো লাউনে কনানো—
করি লমদৈ লাকপনো।
মুক্তানা থাম্নবা কোয়েৎ
ঙকশমদা মনি পরেং
থুত্তনা অরংবা থাঙশাং ?
অঙৌবা ফিজোন শেৎপা
অঙৌবা শগোল তোংবা।
ঈপাক ঈথক মশোঙনা
য়নীং মায়কৈ শন্দোক্পা।

লাকয়ে অমা কনানো
করি লমদৈ লাকপনো।
মতা কর' গুকশমদা
মুক্তাই লৈয়াং তগুাংবা,
মুগুনা হক্র' মিন্না'নী
মশা তয়িং তয়িংবা।
অঙৌবদি শগোলনা
কাই-দ কাই-দ চেল্লিবা
পাৎ চীং তুরেল লান্দুনা
মায়কৈ লখেল নাইদবা
লাকয়ে অমা কনানো
করি লমদৈ লাকপনো !

(নাউগুম শক্তিগৈ মবক্তা লেবরম্ভ চঙলকই, পদ্মিনীগী মনাক্তা ফমদুনা লাইরিক পাবগী মওংদা লৈ। অনীসি ইপক পঙ্কমজবগুম ভৌই। খোইনা য়েংনবে। ঈশৈ লোইমগা অনীমক তুমখি। গাইহাক পুংচীক)

লা-১—হৈ—!
লা-১—উম।
লা-১—য়েংঙো—ত্তো।
লা-২—কৈবো ?
লা-১—মমগু মগুঙিসে, মুগীসে।
লা-১—কদায় ? ঐদি উদে।
লা-১—মশেম্মরাং ভৌরি। এ তু ময়েক শেংঙে, য়েংঙো—
লা-২—(খগুনীংনা) ঔ, ঔ হোয়নহৈ।
(অনী য়েংখিরে)
লা-১—মুপা অমা
লা-২—মাই মন্নামপুয়োইবা ইবুংঙোদি নত্তেনা—

লা-১—নত্তে, কনানো'মনি।

লা-২—ঙরাং মমঙদা লাকখিবহ্ নত্রব্দে ?

লা-১—মাগ্নি মাগ্নি, হুপাহ্নি। ঙরাংদি মমায় ফজনা উহৌদবা।

লা-২—ঙসিদি থরা শেংগুম তৌই। স্বয় থবেৎ-থবেৎ, থবক শুবা মীদোনা মশা অসি তনাপ তনাপ্নি, মঙাল তায়।

লা-১—কনানো—কনা ওইরিনি ?

লা-২—এ, এ, মুসি মুসি তৌরকএ মুম্না য়েংহৌ, খঙহৌ মশক অসে।

লা-১—ইহে ! মাঙখোকখ্রে।

লা-২—হয়েং অয়ুকফাওবা নীংশিংহ্নুনা থম্বা ঙম্মরোই ; কাউপ্রনি মাদি।

(দেবদত্ত পদ্মিনী হোগত্তুনা ফম্মি)

প— কৈগীনো ঙরাং অহিং তুম্মিঙৈদা নাহেরকইদি ?

দে—(মমিৎ লৈথোক্তুনা) কনা. ঐবো ?

প— নশা মুংঙাইতবরা ?

দে— ঐবো ? কৈম্নু তৌদেনা, কৈম্নু তৌদে।

(দেবদত্ত তিং-তিং লাউনা হোগৎকে তৌই। পাক ঙমদে, নাহেরকই)

প— কৈনো থুপচানরিদি, হায়ম্ম কৈদোবগে ?

দে— (পদ্মিনীদা ইয়েং য়েংঙ্দনা) কৈম্নু তৌদেদা। ঙরাংহ্ খুৎলাই ঔরাইকম ঙাক য়োরুবা, হুমিৎয়ুংবৈহুদা ঈরোইবম্নু ঙাইহাক চৎলুই। অদ থাংসিদা চিকপগুম্বা, লেংখৎকুম্বা—

প— করিগী চৎলুরিবা ? চহী কয়া চৎলুরগা।

দে— চৎনীংঙকউবা। করে মদি রাসি তোকঅদ্নি।

প— (চম্না) ঙন্নিদি চৎলুলরোইব্রা ?

দে— (শাউরপ) কৈনো নঙনমুক করেম্ররকইসিবো ! চৎনীংত্রগা চৎলোই। ঙরাং চৎলুরে, পঙভুরে। করে। মহ্ ঐনা হৈনবা থবক নত্তে।

(চৎখি শাওরপ)

প— দেবদত্ত, করম্বা রাক্ষস ওইরিগবা নাঙনা লকক তৌরিবনে ? নঙগী

নশা অচু অমুক তনাপ তনাপ লাউরকই হায়রগবু করি থেন্নবগে ; নপাখোম মখেং তাশিল্লক্লম্মাগ্নে। চিংনহু ঐ অরানবা অমুক তৌরগ্নোই। কপিল চৎখ্রে, থাপ্না চৎখ্রে ঐতোম্বগী লাপ্না চৎখ্রে। পুলিসদা অমুক লাকহল্লরোই ; চঙহল্লরোই। (তাইহাক লেপ্লা) কপিল ? কপিলদি কমদোরমগনি ? মশা অচু হনথররিত্রা হঙৎলরিত্রা মমায়চুনা তমু-তমু—(শাংনা লেপ্লা) দেবদত্ত ওল্লে। কপিলসু ওল্লে। অচুগা ঐদি ?

(কয়া কয়া মখিৎ উইশিজি)

লা-১—হৈ, য়েংউনহৈ। লাকএ। লাকএনহৈ।

লা-১—হুংথিল পোবোপসিদবো ?

লা-১—(চিংনবা) অহিংগী মমঙচুদসু অসি নত্রনে লাকঅমচুবো। য়েংউ, মমায় অসে ইমক মকশিল্লদনা—।

লা-২—কুচু লৈশিল্লদনা— ।

লা-১—তু, চঙশিল্লক্লে।

লা-২—ইমাই ! কয়া নক্লা চঙশিন্দোইনো'সিবো ?

লা-১—(লাংতক্লনা) করিনো তৌদোরিসে ?

লা-২—(লাংতক্লনা) হোয়নে কৈদোদোইনোম্নি ?

(অনীচু তাইচুনা লৈ)

লা-১—(করি অমত্তা থঙনবগুম) ঐম্না ! য়েংতো, উ কাখ্রেনহৈ।

লা-২—(করি অমত্তা থঙদবগুম) তুরেন্দ'মুক চোংথখ্রেনহৈ।

লা-১—অসি তৌদোগী ওইরে মা' লাকইদি ?

লা-২—তো, তো মশেন-মরাং অমুক তৌথরকএ।

লা-১—হোয়নহৈ, মাঙখিদোরে।

লা-২—মাঙখ্রে ! মঙনেয়ে লিবু কৈকায়বা। কৎ উরম্মগা থোক য়াঙ-থিসি ওইরেকো মঙ হায়রিক্সে।

(পল্লিনী মীকপ থোক্কই। অতাং কাক্‌না থেম্বী অভিনয় তৌই)

প—(ইথঙ খঙহৌদনা মচিনবান চিক্লগা, য়াক্লা খোনকমদা) ওনবা! ওয়বা!
অমগা অমগা। কনানা মায়থীবা? ঈরিক অমমম তারকনি।
ঈশিং পুন থনগনি। অহুগা থা মাম্নু ঙাল্লম্বদগী অমম্বদ', অমম্বদগী অঙানবরোমদা অমুক লৈরকই—
(দেবদত্ত চঙলকপা। মীলা হৌবদা শারবা পাত্র অহুনি। হাক্সী দেবদত্ত হাক্লগী মায়ঊপ অহু উপ্না চঙুকই)

দে— পদ্মিনী, ঙসিদি পণ্ডিত অমা ঐগা উম্নবা লাকনি। শ্লোক অমগী ব্যাখ্যা তাকপা তারি। মাগী চান-থক্লবা খরা লাঙু।

প— হোয় হোয় (লেক্লগা) পাউ অমা তারবা?

দে— করি পাউ?

প— মীনাই শুগীনা হায়রম্বা য়ানি ঙসি অয়ুক কপিলগী মমা লৈত্রে'য়ে।
চহীচুপ্পা ফমশেন্নহুনা লৈরমমে'য়ে।

দে—(শাউনা) অহু এবু কৈদো হায়গে? (খোৎনা অমুক) ফরে চান-থক্লবা হায়হু কাউনি।

(অনীমক খোকখি। লাইথী অনীহু থংনোক নোকলকই)

লা-১—মী-মীগী ময়াইবকনি!

লা-১—মী-মীগী লাইমন!

লা-১—লাইথী য়োনবহুনা হেক হেক হায়বদো—কলিযুগ লাকএ হায়দনা।

লা-২—ঙরাং অহিংহু অমসিগী মমঙদনে—

লা-১—হৈ! অহুমাই' হায় হৌনদে। ফরে।

লা-২—(হই খোঙহুনা) ইকাই ইকি অমত্তা—

লা-১—হায়'নো'মী।

লা-২—মমঙদা দেবীনা—

লা-১—( খিংলগা ) হায়বা তারগনা ঐ হায়গে নঙ তাও—।

লা-২—নঙ করিগী হায়দোইবা? হায়গেদি নঙনা য়াত্রগা—।

লা-১—নঙদি কৈম্নু খঙদবনি; অপঙবনি মহোয়সে—।

লা-২—নঙদি করি খঙঙদনা ? ঙরাং অহিংছু—

লা-১—নঙ হায়রু ! মমঙদা—

লা-২—য়াদে ঐনা—

লা-১—তুমিন লৈয়ু !

লা-২—নঙছুম তুমিন লৈয়ু !

( মা-মা খোকপা চৈনৈ। অনীছু মথৈদা য়ৈনৈ। লৈমায়দা থয়ো থয়ো ওল্লি। মফি মরোল শেগাইনৈ। পুংশে শেগাইনৈ। মরক্তা লাউনৈ নাহেনৈ লাউনৈ। শায়রিবা খংনরিবা ভাব তাদে। মথৈদা চোকথনছুনা শেক শেক্না নোক্না কমথদৈ। মতাংসিদা পম্নী লাকই লাইথী অনীছু য়েংই )

প—হৈমাইপেম্মা ! ইবুংঙোনা শেগাইরম্মমাল্লেদনা ! কয়াদি কুইর-বনোদো ! কয়াবু কুইনা ফজনেংগে ? ( মচুংলোমদা য়েংলগা ) হো তারিব্রো—

দে—(চঙঙকপা) কৈনো ?

প—ইবুংঙোগী লাইথীসি অহনবা লৈবিরকপা তারে। শেগাইরে ; ভো মচেৎ মচেৎ।

দে—হোয় হোয়। ঐদি নীংবু নীংশিংলুদরে।

প—মুমিৎ মরিনিদা ঙাইরেদনা উজ্জৈনগী মেলা হোদোবা। ফজবা অনীদং লৈরকও। ঙসি খোঙশানগ্রবদি চপ চানা থুঙভুনিদো। লাইথী সেগাইবসি ফত্তে পাঙদে হায়নৈ।

লা-১—( ২ শুবদা ) তারেদনা তারে'বা ? ঐখোয়বু লংশেককদোগুম্বা অমা তৌরকইকো।

লা-২—অহনবা পাম্মক'য়েবা !

লা-১—য়োং, মতু পানবীসে !

লা-২—হুই অমোম অসে !

লা-১—ময়ুমসি মাঙ-তাকসনু— ।

লা-২—ময়াসে লোইনহেক তেকঅসনু—

দে—( পদ্মিনীদা ) কৈ ।

( লাইথী অনীর্‌ লুপন্ন পায়ছনা থাদথলি )

লা-১—য়েংউনহৈ, ওনখোয়া থীনা থাক্ষৎলেদা, ছুইমাওমচাদোনা ঐখোয়বো ।

লা-২—হিংচাবসিনা নাউশুমদা—ঐখোয়বুনা লুখাককোমদা !

দে—উজ্জেন চৎখোক-চৎশিন্দা সুথিৎ ৭/৮ নি চগুনি । নমা-নচাদা থমস্ম' চৎপসিবু ঐবু, কনানো অচৎ-অওং ঙাইয়গা তপগ্রসিরো ?

লা-১—মীরৈহৎসিদে ! ঐখোয়বু লংশেক্রিদৈদা নশাগী ফিবমহুছম য়েংখো !

লা-২—নঙগী সুপীহুছম হায়া লোৎশিন-খোনহৈ !

প—মীভোন্দা তপ্পাইহনদি অফংবা 'মা লৈরককনি । ইচাগীবু, ঐখোয়না লৈবনা ফনি ।

দে—অদা—

প—চৎনীংদবৈদি থঙদে অহৃগা—

দে—ফরে, চৎপাইহুঙাইরে । মীনাই অমা শেমহল্লম্মবাইহনি ।

প—কৈকাম্নদগে উমংদা লৈবম্মু নত্তনা ।

লা-১—হে অঙাওবা, য়াথল ভৌনা থাংউ খোঙথাংহু ।

লা-২—চৎলুহুনে অপঙ !

দে—হোয় হোয়, নঙনবু কৈ হায়রদি । ঐ চৎলে ; চেকশিন্না লৈমু ।

( লাইথী অনীছু চিংহনা পুই )

লা-১—হে অপঙবা, ঈশিং তা' শিদোবা—

লা-২—নয়ুম-নকৈ মাঙ-তাকতোবো—

লা-১—মীত্তাংবা

লা-২—নাপংবৌ—

লা-১—মহা চন্দাল্‌—

লা-২—হিংচাবা, কোৎচাবো !

( দেবদত্তনা চিংলগা চৎখি। লাইথানা বানা লাউরকপা তায়। ফনা কুইনা ইচিক চিকই। দেবদত্তনা চৎখিবা মায়কৈদা পদ্মিনী য়েংহুনা লৈ। অশুাং পনখৎলি )

প—ইমাগী সনামতুম ! লাউ ইমা পমগে। নগুদি উমংগী কুম্মৈ উত্রিদাই ? য়েংঙুসি। কজপ্রপোৎনি। মুমিৎ খোয়ক্রিঙৈদা উ-রাগী পিরাংতনা লৈমাই অসি শেংদোকই অহুগা থরাবিচাকশিংনা অঙানবা মহাক্তা আরতী কৎনৈদো। মুমিৎ খোরকপদগী কুম্মৈ হোই। মুমিৎ হেক চুপ্পা জগোয়গী শাথেক। য়োংয়ামগী লাল্লোং, রাহোংশিংগী জগোয় ; শাকু কল্লবা নোংশা-কৈগী জগোয় ; তুরেলগী তোবর্বানদা পায়লনা লৈভেংলবা খোজুল মচা মচাগী জগোয়। শুক্লবা উম মচুংদা লৈরাংতনা শাজোল্লবা—লৈগী দোলাই ; সনাগী দোলাই. ইমাগী সনামতুম, শঙ্খ-শঙ্খ চাকতামিন্নবা চেকলাগী কাঙবুলা দোলাই অহুবু চিংইবনি। মশীং লাকঙমদ্রবা পলাশ-পামেলনা তঙ্গবা মৈরা পায়হুনা পুন্নমকপু লমজীংইদো। তপ্পা তপ্পা অহীংনা খোঙদোয় হুন্নকইদো, পিক্রিবশিংনা উইথরকই, অদৈদি অমুক্তং কাম্বদা থা মুৎখিনি। হত্রিঙৈদা পাঙলমগদবা খৌদাং অমনা, মনাক অনকপদা, কাচিন অমদা লুহোং লৈরাং হায়না কৌরবা লৈবাং অমা হৌরি ; কুইরবা পামেলনি ; ঐখোয়গী মরাপ্পি ; দুংশিজপ্রবা পাম্বীনি। রারী শারুনি. থুরুমজকনি। কো ? তৌসি কো ; চৎলসি।

( 'লাক্লোগবা কনানো' হায়বা ঊশৈহুগী সুর ঙংলহুনা মচাবু পুহনা চৎখি। ঙাই-হাক্তং ফজাক অহু ইচীক চীকই। ঙাইহাক লৈরগা কপিল্ চঙলকই। লীলাগী অহৌবা কপিল্ শারকপা অহুমক্তা কপিল্ শারকই )

ভা—কনানো ? কপিললো ?

ক—মানি হোয় !

ভা—চহি কুইরেদা উমদবা।

ক—চুম্মি হোয়!

ভা—’মুক কুইবসি কদায় লৈরুই?

ক—উমং অসিদা!

ভা—’সিদা? উমংসিদবো? ’ম্বাইদবু মী-পোং লৈব্রনে?

ক—শা লৈরবদি মী করিগী লৈরোই।

ভা—কৈদৌরি নঙদি?

ক—বন চৎলি।

ভা—ধর্মপুরীগী পাউদি তা-লাকইব্রা?

ক—য়াম কুইরে তাখিদবা বাজিনা হল্লকও হায়রকখি। ঐশু হল্লকওই বাজিন্সু ’সিদা লাকপিন্থু হায়খিবনি। ’সি মঙাই পাউ হায়বু।

ভা—হায়বদি, নঙগী ইমাগা পাজিগা লৈত্রে হায়বদি খঙত্রি।

ক—(তকথরপ) খঙত্রি।

ভা—পদ্মিনী মচা সুপা অমা পোকএ।

ক—অওইবা!

ভা—নঙবু হৌজিককাওবা শাউরিব্রো?

ক—করিগী শাউবা!

ভা—হু! নতৌহ্নু শাউবা মানবা।

ক—মহু কায়দরা শৈরেংগী মওংনি।

(কপিল লৈথোক্তুনা চৎখি)

ভা—কপিল, কপিল!

(কপিল চৎলি ৎেঙদা অমুক্তং কোয়রগা হায়গী অতুদা লেপ্লগা শীংজংনা শীং য়ানবগী অভিনয় তৌই। মথোন্দি থোক্তে। মতাংসিদা অঙাং পুহনা পদ্মিনী চঙলকই। অঙাংদি তুমখ্রে। পদ্মিনী কিরপ তৌই। কপিলবু উবমক্তদা থংলেপ লেম্মি, ময়া কাথোক্তুনা অতুম লৈ! কপিলনা পাক উদে, উবমক্তা কপিলহু হাইগৎলুবা শীংজঙ হাইথবা য়োনা কাউই। মাঙ চপ লেপ্তুনা লৈ)

ক—(মখোন ইয়ো লোনা) 'পদ্মিনী ?

প—(হাই-হুমদনা) অং।

ক—'সিদা ?

প—অং, ঐগী অপীশক অসিনা ঈচেলনা কমদৌনা হি-হি নোকপগে হায়বত্থু উজত্রি। অঙীংবা হুংশিন্ত্রা করম্না তনিক তনিক থাওজবগে থওজখিত্রি। খুয়াদা ভিংথং কম্মাইনা য়ুবগে থেংনজত্রি। থওহনগে পুত্থনা লাক্লি। উমংদা 'মুম চংথোরকপনি।

ক—অমুক থাপ্না চংথোরকপদি চুমদেদনা।

প—চুমদবা লম্বেলসি ইথোঙ অসিদগী নানখোকপা নৈত্রি। শাগোম্মরি।

ক—'মুক লাপ্না চংথোরকপা চুমদে। শাহিং চাবা শা-উচেক, হুয়ান-চিন্থি, মকম থওত্রবা লম্বেল-খুদোং থীবগী থীবা ঙাক্তনি।

প—মীঙোন্দা লম্বেল হং-হংহ্নুনা লাকপনি। খুঙ্গংগী মীশিংদা হংই, অচং-অওংদা হংলুই, শাদানবশিংদসু হংলুই—করিগুম্বা মতাংদা পুক্নিংগসু তাম্লরুই। হংলুবা তাম্লরুবা পূম্নমক্না অয়ানবা লম্বেল অসিতবু তাকলকই।

(হাইহাক তুমিন নৈনৈ)

ক—'মিদি নঙ' লচায়া ?

প—মানি, নঙগীসুনি।

ক—ঐগী ?

প—নঙগী হকচাং অহুগী মমিনি।

ক—ঐগী—! (মশিংথা হুদোকনা) নত্তে, ঐগী নত্তে! ঐ কপিলনি পদ্মিনী। অহুঙৈদা য়াখিদবদি য়াখিদবনি ওসিদি ঐ ইশানা য়াজরে; ঐ কপিলনি।

প—(তপ্না) কমদৌরি কপিল ?

(কপিল থুমদে। ভাগবত ঊশৈ শকই)

কন্দোক্লে মশা, কাওথোক্লে লৈমাই,
পাইখৎলে থক্তা। মাইকৈ ভরাদা,
মরোল তরেৎতা, ওল্লুরে 'ভিন্না।
ময়ৈদা কংলে, নথাদা পান্নী।
নপুরোই অনী থুকউ অনীগী
কারক্তা নঙগী। নমীত্তা মৈনম
থেঙনা কাঙলবা যৌবনগী চীনবান
ওইরে হুগী মো। স্বায়দা লাই অমা
অয়েকপা শক্তম, দ্বায়দা বিথিগী
থোর্জে অমগা, অনী কেৎনরি।
মঙান্দা থুবা চেক্লানি ঐদি।

ক—অঙাং অমুক্তা য়েংগেদনা—
প—য়েংউ হায়দনা পুরকইবনি।
(কপিল অঙাং মমায় য়েংই)
ক—ইহে! ওনথোকপাইহুনি ঐদি, 'শুক থাপ্না লাকলগা কন্মুকাও হায়দে। মহুংদা ভাইহাক পোৎথাক্লো চো। চঙ-ও।
(পদ্মিনী মহুং চঙখি। কপিল মকম মরাং থঙদনা চপ লেপলৈ। পদ্মিনী অঙাং ভুম্মগা থোরকই)

ক—কৈদোরে, পোৎথাদ্রবো?
প—পোৎথাদ্রে, পোৎথাবা য়ারোই। (শাংলপ তুমিন লৈলৈ)
ক—কমদৌরি?
প—মুংঙাইরি। অনা-অয়েক য়াওদে।
ক— (ভাইহাক লেপ্লগা) অঙাংদি নঙ য়াম মাল্লি।
প—(ভাইহাক তুমিন লৈ, নোকই) নঙস্থু মাল্লি। (কপিল বা ভাংহে)
নঙগী নপাম্বোমদা শমক্র 'মা থুংঙিদো মাগীস্থু চপ চানা থুংঙি।

ক—করম্বা শমক্র ?

প—(চঙশিন্দুনা পারদ্বনা উৎলগা) তু, সে, করম্বা ওইনেগে 'সিমত্তা নত্রো থুংঙিবো।

ক—ও! খঙডুদ্রে। হকচাংসি য়েংউবা তৌখিদ্রে।

প—হকচাংবু অমুক খওইদ্রবা ? (কপিল খুমদে)
'সিবু য়াহললিবা করিগীনো ? (মথুং পাররগা) নশা অসি অহানবা নঙগী ওইবা মতাংহুদদি কয়াদা থোংলম্বা ; নিংথৌমচাগী হকচাংগুম তনাপ তনাপ লাউরম্বা, তঙাং-তঙাং তঙৌ-তঙৌ ; হৌজিক্না কৈনো তৌরিসিবো !

ক—( মথুং তপনা থাদোকহন্দুনা ) কোক অসি ঐনা ফংলকপা মতাংদা হকচাং অসিনা অশিবগুম লৈরম্বনি। ব্রাহ্মনগী তনাপ তনাপ লাউবা কায়াংকা জঙ্গলগী পুন্সিগা পরুদে। শীংজং থাংগৎপদতা খুদাং চোকই। চেনবা হৌরকপদা খুবোম মশা শেৎ-শেৎ কায়বনি ; ঐগী ওইনদি হকচাং অসি কৈন্নু কাম্নরমদে। ঐগী ওইরবা মতাং অহুদগী হকচাংগা ঐগা কন্না চিংনখি ; মুরুখি।

প—কনানা গুম্মে ?

ক—ঐনা !

প—(হুংঙাইতনা মোমোন তৌরগা) মতম পুন্নমক্কা কোরুদা গুম্বা হৌনৈ ; নত্রা ?

ক—মানি ! মহুনি লাইবক হায়রিবসে। হৌজিক্তি য়াম' শাং শাংনা চেনবা গুম্মে ; নোংজুগী ঈমায় চোল্লবা তুরেন্দা চোংথহুনা ঈরোইবা গুম্মে। চাউরে হায়বা উজাউ য়ানথুবা গুম্মে। অহানবগী মতাংদদি পুক অসিন্নু হায়ন-তান্না য়ারমদে। হৌজিক্তি চারিমথৈ তুম্মে। ফংদদনা চাত্রবন্নু কৈন্নু হায়দ্রে।

প—অহু, মতম পুন্নমক্কা কোরুদা জয় ওইবা তাব্রো ?

ক—(থোইনা তাকবা তৌকদনা) অহুনা ঐনা হৌজিক কপিল ওইরবসিনি। কপিল ! নহানরাইগী কপিলগা মান্নবা কপিল।

প— ওয়োক-ওনশিন ! শিন্দোক-শিঞ্জিন। কাজিমাইশী ঐশির ময়াভদা শকখিবা ঈশৈহ্ নীংশিংলিব্রা ?

ক— করিগীনো নীংশিংলকইদি ?

প— মুম নীংশিংঙকইবা। ঐদি য়াম্না তোয়না নীংশিরই। ঈশৈগী অহোবা পরেং অসিনা ঐগীদি পুন্সিগী য়ারী ওইখ্রে। কপিল! দেবদত্ত! কপিল ওইবা দেবদত্ত! দেবদত্ত ওইবা কপিল! মপোম্না অমত্তা মীনা মরী-ময়ী।

ক— (ইখঙ খঙহৌদনা) করিগীনো নঙনা মাবু থাদোক' লাকইদি ?

প— (তপ্না) করিবু হায়না তমগনি ?

(কপিল-পদ্মিনী অশাবগুম চপ লেপ্লি। ভাগবতনা পদ্মিনীগী মাহে অহু অমুক হায়হুনা মখা তমথে।)

ভা—করিবু হায়না তমগনি ? য়েংউ, দেবদত্তনা অহীং তুম্মু য়াহৌরক-পদা থংওন ওন্দুনা হান্নগী শককম অহুদা তারকঅম্মবা, অহু ওইর-বদি, ঐনা নঙবু পুঙকাউমক কাউরম্মদৌনি। মহুদি থোক্রে। মাদি নোংমা নোংমগী ওল্লকই ; খুদোম্বীমুক-মুক্তা। তুখোঙ অমমমতা তপ্না-তপ্না হাইগৎলকপা লৈভোয়গুম। পুন্দা ঈশিং কনবগুম। মানা তপ্না তপ্না ওল্লকপা উবদা ঐ কাউবা ঙমদে। পুন্নমক অসি পদ্মিনীনা কপিলদা হায়রম্বম থোকপনি। য়াকম কয়ামুকন্থু হায়রম্বম থোকপনি—অথুপ্পা থম্মুদনা। কপিল, করিগুম্বদা লম্বোইবা অহুনা ঐ অসিবু নঙোন্দা শিন্নরম্বশিং থোক্লবা, অহু ওইরদি ঐনা থাদোক্লগা দেবদত্তগী মনাক্তম্থু নোংমা হেক্তা চৎলমগনি। অহুবু পদ্মিনী হায়দে। তুমিন্না য়া ঙাংদনা লৈথি।

ক— নঙ মকমসিদা করিগী লাক্লি ?

প— নঙগা উন্নবা।

ক— করিগী ? (পদ্মিনী থুমদে) করিগীনো ? ঐনা মতম . কুইনা ইশাগা লাম্থেংনরকখি ; হৌজিক্তা ঐনা শান্ন লাক্লমনিঙ্গায়না নে জারকপা

মতাং অসিদা নঙনা লাকইসিবু করিগীনো ? পুন্নমক পুমকাউ কাউথোক্লগে হোৎনরকপনি। ওয়্রকপগী মতাংসিদা নঙনা ইন্নরক-ইরুসিবু করিগীনো ? হৌজিক্তি ঐ কপিল ওইরবনি—পুরা কপিল; ঙজঙগী কপিল; মীচুংশি মশক খণ্ডরবা কপিল। কোকা হকচাংগা অনীগী মরক্তা চৎলিবা লৈত্রক অদু মাঙহনগ্রবা কপিল। নঙ হৌজিক করি পাম্মিবগে ? কোক অমগা ? আত্মা-হত্যা অমগমুক ? কাম্নদে রাঁমা হায়গে। নঙ চৎলো। দেব-দত্তগী মনাক্তা চৎলো। মাদো, নঙগী নপুরোইবনি—অঙাং অসিগী মপানি। অম্বাইদা নঙগী লাং অদু অমুক থাকঅরমু। দেবদত্তগা পদ্মিনীগা, পদ্মিনীগা দেবদত্তগা লৈ পরেংনা পুনগ্রবনি। ঐ চঙভুবা য়াত্রবনি। শান্তি লৈত্রবনি, নাম্থোকপা য়াররোইদবনি ঐদি। চৎলো, ঐবু থৌজানবিয়ু পদ্মিনী, নঙ চৎলো। ঐ খুরুমজগে চৎগ্রো নঙ।

(কনা কুইনা তুমিন লৈ)

প— (তপ্না) অ,— চৎলগে; নঙনা তাল্লবনিনা চৎলগে।

ক— (নাহেবদৌনা) হে ইশ্বর !

প— কৈদোরে কপিল ?

ক— কৈন্দু তৌদে। নঙনা ঐঙোন্দা মতম অমদা, তানখিবদো নীংশিং-লরুই। অ, নঙ চৎগ্রো।

প— চৎলগে। করিগুম্বা মচা অমত্তংদি হায়জরমগে। অঙাং অপীশক অসিগি, য়াম্না য়াম্নি। তুমমু তুম্মি। ঙাইহাক্তংদদি তুমজখিসমু। মা, তুম্ন হেক হৌগৎলকপগা চৎগ্রগে। (নোক্নপা) নঙনা মায় পাক্লে কপিল। দেবদত্তমু মায় পাক্লে অদুগা হকচাং অনীগী তথ্বায় তথ্বায় ওক্লরবী ঐগীদত্তদি মায় পাকপমু লৈত্তে মায় থীবমু লৈত্তে। ঙাইখো মরক থৎলকখিমু। নঙ করি হায়দোইদনো ঐ খঙই। ঐনা নঙোন্দা হয়া হয়া হায়গ্রবনি। ঐনা কানগ্রবনি

ঐগী ইয়ালনি। কোক ওয়োক-ওনশিন ঐনা তৌখিবনি। মতুগী মহে ঐনা চাকম খোকই। চাগনি। য়ান্না লাপ্না লাকলুরে ঐনা লানখ্রে। চৎলমদাইদা ঐনা থলহৌখিদবনি। থনবা ঙম্মুদ্রে। অদু লাক্লবনিনা ঙাইহাক্তংদি, য়ামদ্রবদা অঙাং হৌরকপকাওবদদি নঙবু মিৎ পেন্না য়েংজখিগে। কৈন্নু হায়রকওই, তুম্মিন কমতুনা য়েংজগে।

(কনা কুইনা তুম্মিন লৈ)

ক— তুম্মিন্না কম লৈগে লৈরো, চৎকে চৎখ্রো; করিন্নু খেন্নদ্রে। থুগাইবা য়াবমথে থুগাইখ্রে।'কাউঙমদবা পুন্নমক অদু ঐনা লৈরোন চনশিনখ্রবনি। নঙনা অমুক হন্জাইররে।

প— করিগী লৈরোন চন্দোরিবা?

ক— করিগী চল্লোই? মপুঙ ফাদ্রবা অসিগী ঙাওচৎনখ্রবা শাথেক করিগী থাঙ' লৈরুনি?

প— মপুঙ ফাদ্রবা হায়রবদি?

ক— ঐ।

প— নঙখো?

ক— ঐ নত্রবদি কনা ওইনি! হকচাং অসিবু থুতুম চন্নবা কম্না লাক্ল-বনি, অদুবু কাউবা য়াদ্রবা ন্নাকমশিং অদুদি নীশিংভুদবা ঙমদে। অঙকপনি, হকচাংগীন্নু তোঙানবা নীংশিং ন্নাকম লৈজরি—তো-ঙানবা প্রেৎ লৈরি। থেংন-খোৎনখিবগী ন্নাকম, কনাগুম্বা অমনা পায়ন্নকপগী ন্নাকম, কনাগুম্বা অমবু লোইরোইনা চেজেৎ কোল্লুবগী, খুবাক অসিদা নম্বরকপা কোং কোং শারবা হকচাংগী ন্নাকম নীং-শিংলি। তমঙমদবা খঙঙমদবা, অসিনি হায়কম খঙদবা মনীংশিং অমা লৈরি।

প— কপিল—!

ক— (য়ায়া ঈংনা) নঙনা লাকইসি করিগীনো ? নঙনা লায়গা ঐত্তোন্দা থেংলবা, ইথুৎ অসিদা পায়রবা মতাংলিদা ঐগী হকচাং অসিনা নঙগা অহুঙৈ থেংনখিবা মওংদু নীংশিংলকই। ঐনদি করিগুম্বা কান্দনু নঙবু শোকখিদে। অহুবু হকচাং অসি, ইকায় নাইদ্রবা হকচাং অসি, নঙনা থেংলবদা ফুগাইনা শাৎলকই, অহুঙৈ মরূপ কোম্ববগুম সুংঙাইজরকই।

প—(চঙশিল্লগা) ওহোকপা হায়'হুনি কপিল।

ক— (থবোর কনশিন্না) থৌজাল থোইনা উৎকনু।

প— তুমিন লৈয়ু অঙাওবসিদি। নশা অহুনা তুরেল অমদা ঈরুপ্পু রে; সুংঙাইরুরে। অহুদা নকোক অহুনা করম্বা তুরেলনো, ঈচেলনা কমদৌই হায়না খল্লুবা হৌনদে। নহাক্কী নশম অদো—; ·· মহাক্কী মরৈ অহুনা নহাক্কি ননাকোঙ ময়াদা কেরে কেরে হাইরবা তায়; নহাক্কী নমায় অহুবু মথাদা ভাথহল্লগা চেৎনা লুপমিন্নখিবা ভাবনি। মহু নত্রিবা ফাওরদি নঙ মপুঙ ফাবা য়াখিরোই।
(কপিল মমায় হক্কৎতুনা লেংই। পদ্মিনীনা য়ায়া সুংশিনা কপিলগী মমায়দা মখুৎনা নানবি, মমিৎতা মপি ঈয়া চেন্নি। মাগী মথাদা মকোক্না ভাশিন্নি।)

প— কপিল, ঐগী সুংশিজরবা কপিল। নশামা নশাবু কায়দবদা ওৎলি।
(কপিল বাঙাংদে। ভাইহাক তুমিন লৈ। মতুংদা পদ্মিনীবু কোনশিন্নুনা মতুংদা পুশিনখি।)

তা—(শকপা) (ঈশৈ)

লাইজদা লৈই মমি তানদেদো
থাঙনা থাঙকমদু হকপা য়াইনদো
অহুননি তুরেল মাননেদো
নীংশিংবরবু কৈরম্ব কিদরদো।

অশকপশিং—(শকপা)

তুরেলতনা খঙবনিকো ঈশিং চাইবীগী থুৎচিংদো
হয়াও মথোয় কাজবনি নাপীদা তিক্রি হৎপনি
শাফুগী ঈচেল থৎলিবা ইরৈ মাগী ঈমায়বু
অকংবা উনা মাদবু থুংনা উংবগুম উংহনবা
মশক হেল্লবা লাংথাক্তা লাইজগী লিসহা ফেনজিনবা
ঈশং কার' কয়াংজীদা হঙোই প্রোবীবু থ্ুকহনবা
থেক্লি জগোয় কারি মথোয় হেক্লি শৈহেক চেল্লি চোংলি
লৈশিন-উংশীন চেল্লি ঈচেল।

ভা—(শকপা)

অহ্নগা অমথক্তি
লেপ্লি তোর্ব্বান্দা অহ্নম
অশাবা লৌঙাক-মীগুম
মায়থোঙ মমী ইশাম-শাম
মশাদা দাকক্ম ময়াম-য়াম

(দেবদত্ত মখুৎ নাম্বদনা লাইবী অনী নাম্বদনা খাঙশাঙ পায়দনা চঙলকপা।)

ভা—কনা ? দেবদত্তরো ?

দে—খাইদা কপিলনা লৈ হায়রিসি কদায়দনো ?

ভা—অ ... — আদৈ য়ুমসে, তু আদৈসে। অহ্ন, দেবো বাবুবু কমদৌরিবগে ?

দে—তাক্লিংত্রগা তাকহু, হেক্তা থিরুনি থেংননবা।

ভা—অসোমদনে—তু উজাউসিগী মরুমদা।

দে—পদ্মিনী লৈরবা কয়াম কুইরে ?

ভা—মরি-মঙানি শুরৈনি।

দে—অঙকপনি। ঐগুম্বা হুপা অমনা ফাওবা চৎপদা লুনা থোকঅবা লাখেলসিদা মানা কয়াদা লাইনা থুঁনা চৎলম্বিবা" মচাম্বু য়াওরিবা।

ভা—দেবদত্ত—দেবো—

(দেবদত্ত থওইনা তাররদনা চৎলি। রৈজ অদদা অমুক্তং কোয়রগা চৎলি)

ভা—দেবদত্ত হোৎচিনখ্রে। মাগী মনাকোংদা ঋিং অনীথক ওংহনা লৈরি—কপিলগা, পদ্মিনীগা, কপিল—পদ্মিনী। অনীসিনা ঈচাউগী ঈহৌ ওইহনা দেবদত্তবু কপিলগী থাংপোক ভম্না লৈহনা পুখ্রি। ঐমা! কৈদৌরে লেপখ্রবদি? লেপ লৈথোকখ্রেনা। কপিলগী ঈথেঙ পাম্মদাইনে হৌজিক্তা! কররিগীনো ঈয়িং-ঈংথ-খ্রিসিনা! কপিলদা লাউহনা কৌবা ফাওবা ওমত্রবা!

(কপিল থোক্লকই অছুগা দেবদত্তবু উবদা লৈপ্লি)

ক—ও, দেবদত্ত, লাউ, নঙবু ঙাইরম্বনি ওরাংদগী। নঙ লাকত্রা হায়দনা ঙা'ক লৈত্তনা থোক-থোক্তদা য়েংঙম্বনি। চিংনবা ফিবগী নত্তে; নঙগা উম্ননীংবগী।

(পদ্মিনী থোরকই। তুমিন্না লেপ্লনা লৈ)

ক—(দেবদত্তদা) নঙদি হায়-হাম্নেহ্ ঙাইনা।

দে—(নোক্লগা) নঙসু।

ক—(থাঙদা য়েংলগা) কৈনো অছুদি, নথুক্তেদো?

দে—(লাইথী উৎলগা) সিবো? লাইথী; ইচাগী লাইথী লৈরকপা। মেলা-দগী য়ুমদা হল্লকপদা কনামফাও লৈরমদবা। অছুদা সিদা চুমত্রিংলা লাকখবা।

(পদ্মিনী চঙশিনকই। লাইথী বা ভাংদনা লৌই। লাইথী অনীছু মখাদা কোজপ্লা হাম্নী মফমছুদা লেপ্লনা লৈ)

ক—য়ারৈনি, ঙাইহাক পোৎথাথো, কোম্না য়ারী য়াত্তাই শাসি।

(দেবদত্ত মঙক হাই)

ক—কৈদৌরে, শাউরত্রা?

দে—য়াত্রে। (ঙাইহাক লেপ্লগা) ঐগী হকচাংহনা নঙোন্দা অন্নাবা য়াম্না পীরে। নত্রা?

ক—উমংদা লেম্মনবা শারকপা নত্তবনা, নত্রা? অহানবদা হুংঙাই-রমদে হৌজিক্তি ফনা য়াম্না চানরে। লমন থরকাও'দি থুম্মে।

দে—কমদৌনা?

ক— নীংশিংলিব্রা নঙসু, ঐ অসিথু নঙগী কবিতানা, মঙগী কল্পনা শক্তিনা শুমহৎখি। অহানবদদি উ হায়রগা উডবু, আকাশ হায়রগা আকাশকী অর্থদমক খঙঙম্মি। নঙগী নশাসিনা ঐঙোন্দা অনৌবা লৌশিং অমা অনৌ-অনৌবা য়াহে কয়া অমা পীরে। অসিগুম্বা লৌশিং অসি লৈরমদবনি—ঐদিনে শৈরেং অম'নী ফাওবা খোৎলবনি। মখোঙ হকপদি নত্তে। (অনী লোকখিরে) অহূগনে; করিগুম্বা কান্দা নঙগী নশাদগী ফংলকপা পূন্নমকসে ওহোক্না তুকচ্চরুবস্থ য়াওরকই।

দে—ঐনা পাম্মম্বদি নঙগী পাঙ্গল অহূতনি উমং য়ামংগী ওইবা নরমচং অহূ নত্তে। নঙনা তুকচ্চনা লৈরম্বা অহূগা ঐনা কিনা লেন্নম্বা।

ক— নত্তে। কিনা হিংলম্বদি ঐনি।

দে—ওহোক ওনশিন—শিন্দোক-শিজিন—কনানা মায় পাক্লে—কনামা মায়থিরে। ভাইখো, য়া'মা হংগে। নঙ তশেংনা পদ্মিনীবু পাম্রা?

ক— পাম্মি।

দে—ঐন্দু।

ক— ঐন্দু খঙই দেবদত্ত। (তুমিন লৈ) দেবদত্ত, ভাইখো, ঐখোয় অহুমসি পূম্না লৈমিন্নবা য়ারোইদ্রা? দ্রৌপদি হোয় পাণ্ডবহোয় দৌনা?

দে—নত্তদি করি খল্লি?

(তুমিন লৈনে। পদ্মিনী মখোয় অনীদা য়েঙ্ঙুনা লেপ্লনা লৈরি)

ক— (লোয়লা) হাই! য়ারোই।

দে—অহূননি ঐনা 'সি পায়রকইসে (খাঙ উৎলি) মখত্তা কেজখো য়াদবদো মসিনা ককথৎপা তাবনি।

ক— ঐনা কংডিবসি নঙগী হকচাংদনি লৌশিংদি য়াওদে।

দে—নঙগী থাঙদি?

ক— লোখোয়রকে ভাইখো।

(মহুং চঙখি। পদ্মিনী দেবদত্তা য়েংই। দেবদত্তদি কদায়দনো অমা শুরং লৈ)

সভা—(খকপা)

লাই সোয়ায়েলগা লোয়ননা
সোময়স থকমিন্নরে
হয়াওরুরে ভয়াম্মুরে।
মালেমদা হল্লকপদদি
অরাপ্পদগী উরক্লে
লৈক্রক লাওনা চৎলম্বদো
সোয়ায়েনগী মথাপুম
লাওনা কাথোক্লবদো।

(কপিল থাঙ পুন্থনা চঙলকই। অনীনা হাইনগে থোয়াগিঙ)

ক— থয়-থয়দি খোঙকমহু নীশিংলি, ফারিকো?

দে—নীংশিংদ্রে। নঙনা ভখিখিদায়নে থুৎ অসিবো? নঙদি?

ক— ঐস্থু ইনৌ নৌনা অমুক ভম্বনি। হায়েন্থমাইনদি কদায়' তৌরনি!

দে—(ভাইহাক লেপ্লগা) কপিল, ভশেংনা হায়রবদি, ঙসিগীসিদি কনানা হেন্না হৈবা-হৈভবগী য়াসি লৈত্রজাৎনি, কো!

ক— মানি।

দে—লমথুংদি কলদি অমত্তনি।

ক— ঐখোয়'নীমক শিমিন্নবা ভায়।

দে—শিমিন্নবা ভায়।

ক— কালিমাইগী মন্দিরদদি য়ান্না ঈংনা ঙক অসি কক্লখিদায়! অছু, ঙসিগীসিদি কনানা কনাগী মঙক কক্লদোইবা, কনাগী কোক, হকচাংনা কনাগী? শিজবয়া? নত্রগা হাৎনবয়া—কৈ'ম'ভা থঙজিল্লকুরে।

দে—অত্থনা ঙসিদি খেমা-দোয়া লৈনত্রবা। চান্নবা লুংশিনবা ভিন্নবা—লৈত্রবা। নোংশাদোনা খেংনবা অত্থগা লিলদোনা হাৎভৎনবা।

ক— অহুঙৈ কালীগী মন্দিরদা খুৎ-খুৎ অসিনা ককথিবা ওক, কোক অদো ওসিন্থু কল্লদোবা। কো, সে—

(অনী হাইনৈ। মৃক্ষগানগী লাম্বেংনবগুম। হাইজরৈ, মানশিনৈ,। পদ্মিনী লাওতক্লবগী মওংদা জগোয়ওয়া মশা লেঙ-খোৎলি। )

ভা—(শকপা)

কাওন' য়েল্দি য়েনবা অনীগুম
মীৎকা মীৎকা শংদোক্লরে
মখোঙ অনী কাওথৎনরে
জগোয় শারি ঐখোয় অনী
খঙদবা পুম্বা খঙনরে
ঐস্থু মানস্থু খোখোপ্পা
কোৎচাবীগী মখৌজেঙসে
ঈখেঙ পাম্বা খোগংনরে
চৈনাগী মীনোক নোক্লনি
মশোঙ মশোঙ কনগৎলনি
লকুত্তা চোংশিন্নরনি
মথীবোঙ-মরীল কোৎলনি।
মতুপ মতুপ কল্লরনি।
মকক মকক শিজনবা।

ভা—লম্বোইবা অহুনা হায়থি—লৌশিংনা ঙাকপিবগী রাখল পোকই অহুগা মহাক অহুদদি শিবগী রাখল চঙদে।

(কপিলনা দেবদত্তদা য়ানশিজি। দেবদত্তনা খুকখুদক হূজগা কপিলদা য়ানখৎলি। অনীহু খুকখুদক কুহৈ। লৈযায়দা তুথৈ। পদ্মিনীনা লাইথী কোজহুনা লেপ য়েং লৈ। ফনা হূইনা পুমচিক চিকই। ওাইহাক লৈয়গা পদ্মিনী মমনা তমহৎলবদোনা অশিবা মশা অদোমদা চঙশিজি। অশিবা অনীগী কায়ক্তা খুকখুদক হূমুনা ফযথৈ)

প— অনীমক চাকখিন্নরে, চাক্তাখিন্নরে, পুন্না লেঙ্গোন্নহুনা চৎখিন্নগ্রে। ঐনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরি। ঐনা 'করে নহোয় অনীমক্তা লৈখি-ন্নসি' হায়রম্মবদি অনীসি হিংখিন্নরম্বা য়াই। অহুবু চীন কাথোকপা ঙমখিদে। হায়দোকপা ঙমখিদে। কপিল, দেবদত্ত—ঐ খঙই। ঐনা তৌবদৌনা নহোয়ম্মু নহোয়গী নশা অহু য়েঙ্গোক্তবা ভাবনি। খিবা হৈবনি—অহুনা পোকখিন্নবা নচিননবাওগুম্না য়ানশীন্নহুনা শিররি। হিংলম্বশিং থোকঅবদি শাগুম্না য়াইনহুনত্তা চিক্লহুনত্তা লৈরমগনি। অতুনা ঐনা নহোয় অনীবু অশি-থোঙ তান্না পুবনি। নহোয় অনীদি অমনা অমবু ঙাক্লগ্রে—ঐদা মঙাইরে।

ভা—(মাগী মকমহুমগী) কৈদৌরে ভৌরিসিদি? ইকক ককচিন্না উরিব-সিবো। ইবেম্মা কৈদৌরে? য়াম্না য়ানা উই। নত্তেং পাংবা য়াবা করম্বা—?

প— (মতোম্দা য়েংলুহনা) য়াই, পাংবিবা য়াই। মহুংদা খাংপোক অহুদা ঐগী ইচা অমা তুম্বিবনি। অমুক্তা য়েংশিনবিয়ু। শাদানবশিংদা শিন্নবিথো। কপিলগী মচানি হায়য়ু কপিলবু লুনা খনবনি, মাগী মচানি হায়রবদি নীংথিনা য়োকপিনি। উমং অসিদা উ-য়া, ঈচেল-শিংগা লোয়ননা চেন-চোংহুনা মকা লামনা চাউরকসম্নু। চহি মঙা লৈরগা মাবু ধর্মপুরীগী বিপ্রোত্তম বিদ্যাসাগরগী মনাক্তা থিনবিথো মভোম্দা দেবদত্তগী মচানি হায়বিয়ু। মরল-মথুম য়াম্না ফংগনি।

ভা—অহুগা ইবেম্মগীদি?

প— ঐগীদমক্তদি চাউরবা চিন্তা অমা শেম্বিরো। অথোয় মী অহুম্নি।

ভা—হে ঈশ্বর, সতী ওইরগে হা'বা? হোৌনবরনে ইবেম্মা?

প— (খুমদে। মখুৎকী লাইথী অহু মমাঙদা লৈমায়দা খমগা) অনীসে ঐগী ইচাদা খন্না পীবিয়ু। ঐ উন্নরম্মরোই। চঙভূরবদি মাবু উরগা ঙম্মক্তবা য়াই।

(ভাগবতা ইঙ্গিৎ তৌবদগী মী অনীনা ফিজও অমা পুথোয়রকই। চিতাগী লাইৎ য়েকপনি। পদ্মিনীগী মখোঙবা থম্মি)

প—ইমা, কে হুর্গে। মতাং অসিদমু নঙনা লাক্লরি। থুপী অতৈদি মপোক মপোক খুদিংদা ইপুরোইবা অহুতবু কংজগে হায়না নীংজবা য়াই। ঐগীদি মহুমু থোক্তে। লুহোংলবী লাইবক থগ্বাল শাবী ওইনা ওইমা লাইবক হায়নীংঙাই লৈতনা থীরম্বীনি।

(মখুৎ লোয়ৈ। ফিজও পায়বা অনীহুনা মথারোমদগী তপ্পা তপ্পা চিংখৎলকই—চিতাগী মৈ চাকখৎলকপদৌনা)

অশকপশিং—(শকপা)

চৎলিদো চন্দনগী দোলাই তোংহুনা
থারিদো মণি থাম্ম' লংল' তাঙবল
হৎলিদো সনাগী ফুগায়বা লৈরাং
কুপ্পিদো কুঙনা লৈরাং পরেং
চৎলিদো বরগী কাঙবু পরেং-পরেং
লেংলিদো কুরাও মপানগী মৈনম্মা
ঙংলিদো থোইমু শজুগী থোঙেলনা
চৎলোদো নীংঙাইরুদনা চান্নবী
পেল্লেদো থৈনা থোংঙায়েন কংবদা
খুমোলদো মী-কোক-মুবী অহম পুম্মা ·

(লাইথী অনীহু পায়রগা ভাগবত চৈজগী মথাঙথংবা শকল্লোমদা চঙশিল্লকই)

ভা—অমুম তৌনা পদ্মিনী সতী ওইখি। ভারত হায়বা লৈমাকসিদদি থাইনদগী হৌনা সতী অমদি মপুবোইকা নীংবম্বীদমক্তা ফাওরক্লি-বনি। অতুগা পদ্মিনীদোনা ওইথিবা সতীদি থেংনজ্রি। পদ্মিনীনা সতী ওইথ্রিবসিনা কদায়রাইদনো, কনানমু থঙনদে। উমংগী শাদানবশিংদা হংবদদি উমং মথায়দা হৌরিবা ফুগায়না শাৎপা লুহোংলৈ পাম্বীসিগী মপা অম্বাইদনি হায়রকই। হায়রৈ, ঙসিমু পুর্ণিমা অমদি থাশিগী অহিংদা হায়রিবা লৈ পাম্বী অসিগী মরুদগী ঈশৈ মুর অমা হৌরকই অতুগা লৈনম শন্দোকপগুম মায়কৈ শিনবা থুংনা শন্দোকই।

(ভাগবত লাইবীশিংছু পূছুনা মতুংলোমদা চৈজদা হঞ্জিনখি)

অশকপশিং—(শকপা)

করিমুংগী খোয়দাকুরি হকচাং পোলাং অমত্তদা

••• ••• ••• •• ••• ••• ••• •••

(হায়া শকপ্রবছুনি)

(নীলা লোইশিন্নকপা মাদি ভাগবত মঙ্গলগীত শকদবগী খোরাং তৌই। মতাং-সিদা কনানো অমনা লাউরকপা তায়কই)

ভা—(মহুংদা য়েংলগা) হে-রা, কনানোনে? ঐমা দুপামচা? (নট-২ চেনশিন্নকই অদুগা ভাগবতকী মমাঙদা কাওরগা প্রণ-প্রণ চংখিগে তৌই) হৈ, কৈনো মসিবো? রাষ্ট্র গীত কৈদোরবা? (নট-২ চপ লেপ্পি)

নট-২—(কিনা অমদি ওয়া) রাষ্ট্রগীত হায়রবা!

ভা—হোয়নে, কৈদোরগে?

নট-২—অদোমদি কমদোনা খঙবিরিবা?

ভা—করিবো?

নট-২—ভাগবতজী, অদোমনা করম্না খঙবিরিবনো হায়জরিবা।

ভা—করিবুনো'মী?

নট-১—রাষ্ট্রগীত।

ভা—ঐ ভাব ভাব্রে।

নট-২—লৈখোকপিদুদা, রাষ্ট্রগীত কা হায়দনা খঙবিরম্মিসিবু?

ভা—কৈদোরগেনে, সিনেমা ড্রামা লোইরকপে 'ছুদা ভাবোক পুম্নমক হোৌগতুনা ভৌনরিবছুদিনা।

নট-২—ইহে! রায়া ওকইপোৎনিনা।

ভা—কৈনো? কৈদোরগে?

* ঈশ্বৈ মরেকীদমক্তা লামায় ১৪ দা য়েংশি।

নট-২—কৈদৌরগে'বু নারায়ণ। নারায়ণ! রেংবিয়ুসে।
(অনিকপা মখুৎ অহু থাবৎলি)

ভা—কৈদৌরে অহুদি?

নট-২—শিহৌত্রি'সে লাইবক করবনি।

ভা—করিবু তৌরগে হায়বনি?

নট-২—'মোরদা ঐনা প্র-প্রপ লাকপা। লাপ্পা কনা?ন। অমনা 'বাঁদা উচা রহে হমারা' হায়না শকলকইবা। থরা নকশিন্নবগী অহুদ 'সারে জহাঁ সে অচ্ছা হিন্দোসতাঁ হমারা' হায়দনা অমুক শক্লক্লে। মতুংদা ওাইহাক লৈরগা অমুক 'হৌগৎলো হৌগৎলো মীংথিবা কর্ণাটক' হায়দনা অমুক শকঅম্মগা, অদৈ 'বন্দে মাতরম' হায়দনা অমুক হেকথরকএ। এ, মুরে মানা শকপা।

ভা—অহু কৈদৌরবা?

নট-২—ঐ ওাইহাক ওকই। কনানোনে হুমিদাং অসিদা দেশ মপং-মপং হুংশিরিসিবো রেংদ মরেংওগে হায়দনা চওশিন্নরে। য়ুম মচা অমা লৈরম্মি। মোংশোওনা ইকোয় কোয়শিল্লি। মথা থরা চৎথরগা লম্পাক মচা'মা লৈরম্মি। থুরুথুদক কুন্দুনা লিংশিন্নগা রেংঙবু লৈরম্মে—

ভা—কনা লৈরম্মে?

নট-২—শগোল অমা।

ভা—হা! শগোল?

নট-২—শগোল। ঐওোন্দা থোক ওনশিন্নকঅগা হায়রম্বই—মরুপ ঐ হৌজিক জনগণমন শকে-রাষ্ট্রগীত। নঙ লেপখৎলুকো।

ভা—ইবুংঙো, রাথন তৌনা ওাঙবা কৈকো, করনি।

নট-২—ঈশ্বর সাখীনি, ভা-ভাগবত

ভা—ঐনা হায়বদি—
(মরুবো অঙকপা খোনজেল থরা ভারকই)

ভা— (শাউনা) হৈমা ! কদায়দনোনে লাওঙিসিবো ?

(লীলাগী অহৌবদা খোরকপা নট-১ হুনা চহী ৫/৬ ওইবা হুপামচা অমগা লোয়ননা অতক মতকপা খোন্নজেব খোকহন্দুনা চত্তকই। অতাং অহু য়ায়া চীং লেপ্পি। নোকপা খোংপা ভোদে। হুপামচাগী মখুত্তা লাইথী অমনবহু পায়, ভাগবতভা পল্লিনীনা পীরম্বহুনি। মথাদা কোজি। শেগাইরবা লাই-থীনি। নট-১ দি মানা তৌরিবা থবক্তদা খৌ চিন্দুনা লৈজরি। অতাং কৈহ্ খৌশাদে। নট-২ না য়োংজাউদৌনা চোং খোংলদনা মচিন-মমিং অমুক মকতোক অমুক মগৎ তৌদনা ভাগবতভা মতুং ওনশিল্লদনা ভুং হম্না হম্না চত্তলকই ; চংলি)

ভা—(নোক্লিংনা) কনানো ? হুপামচা ?

নট-১—(ভুং হম্না য়েংলগা) ও ! তা ভাগবত।

ভা —ঐনা হৌজিক্তা নত্তবু নীংশিংলম্বনি।

নট-১—করিগী, ঐনা করি পাপ তৌরুদনা ?

ভা—নত্তনা অহুবৈ হায়রম্বহু নীংশিংলুবা। নত্তগী মরূপ অসিনা হৌজিক্তা শগোল মকোক পানবা মী অমনা মঙোন্দা য়ারী শারকই হায়দনা হায়রবা।

নট-২—তা-ভাগবত।

ভা—(মখুৎনা থাম্মগা) ঐনা খনবদা, নহানরাইগী হয়রদম অহুরা হায়দনা খল্লিবা। অহুদা নত্তবু নীংশিংলকপা।

নট-১—ওনখোকপা লাইবক্কি ; লীলা য়াওরিনি হায়দনা তৌরিসি ! ঐবু নীংশিংবিরকইসি অতোপ্পা পাত্র অমগী —

ভা—কদায় লৈহৌরে হয়রদনদি ?

নট-১—খত্তদে। চিত্রকুট হেক য়োৎদা হয়রদমনা ঐবু চৎলো য়ারনি হায়দনা তাল্লে, অহুম লাকএ ঐন্দু।

ভা—হুংঙাইফ্রেদা, মীওইদো ! কান্নিমাইনা খৌরানবিবা ওইসনু (অতাং উবদা) কনানো সিদি ?

নট-১—সিবো ? অ ! (অতাংদা) ইবুংঙো হায়য়ুদ্না, কনানো হায়মু।
(অতাংদু ভুমিন লৈ। বা তাংদে)

ভা—কনানো নওবো ইবুংঙো ? নমিং করি কৌই ? ইমা পাজিদি কদায় লৈ ?

নট-১—উবিরেদনা ? চহী মতাংসিদা অতৈ অঙাংশিংদি দিস্নারী চিনকা পুদৌনা হৈখনবনি। অহুগা মসিদি ঙাপ্লিসি'না সাখী, 'খি' কাওবা কামদবা। ঙাংবদি হায়রুহু নোক্তে, কপ্তে। পুঙ কুনমরিসি লেম্না-তুমিন ! (মচিন মমিৎ পৈখোক খোক্তোক্লা অঙাংছ হুংঙাইহনবা লাক্লে।)

নট-১—উবিরেদনা ? কৈন্থু কেৎ লাউদে। মসি ঐনা স্থম খনবদা লৈরিবসিনা 'স্থম লৈরদি হয়েং চাউরগা অকাওবা ড্রামাগী ক্রিটিক ওইররনি ?

নট-২—(শাউরংননা) ভা-ভাগবত—

ভা—(নট-১ দা) নঙগদি কম্মাইনা কদায়দা থেংনরুরিবা ?

নট-১—চিত্রকূটগী হল্লকপদা লম্বেলদা নোংমা শাদানবশিংগী খুলদা অহীং লেকউই। শাদানবগী মুপী অমনা ঐঙোন্দা শীররম্বা। মানা হায়রবু শাদানবগী অঙাং নত্তে ধর্মপুরীগী অঙাংনি ধর্মপুরীদা থরা পুবিখো 'সিনি। শীররকপনি।

ভা—ধর্মপুরীগী ; কনাই মচা ওইরিনি ? (লাইখী য়েংলগা ঙক্না) আই, লাইথীসিদি (য়েংগে তৌই। অঙাংনা যাদে তুংলোমদা থংহন হন্দোকই মমাইদা অকিবা অমদি অশাউবগী মওং উই)

নট-১—হ ! তৌবিরুহু। চাক লাম্বা ঈশিং থৌরাংবদা কমদৌরকপা ঐ খঙই। নোক্তে কপ্তে। ঙাওরিবনি খঙদে পণ্ডিত ওইরিবনি খঙদে, মনা পঙবনিস্থু খঙদে মরোল থোক্তবনিস্থু ভাব তাদে। অহুগা মাই লাইথীসি পায়বদদি ময়াত্রে। শোকে তৌরু য়া'পোৎ নত্তে চিকদৌই। মসিগীদমক্তা শিজবা ঙমদৌই।

নট-২—(কপ্না) তা-ভাগবত !

ভা—(হায়ভৱ নট-১দা) ঙাইখো সুপামচা, ঐনা নীংশিংলকপা অমা লৈরে।
ইবুংঙো নরেংবান্দু অমুক্তা য়েংগে (অঙাং তুংদা হন্দোকই) হ! লাই-
থীদো লৌরোই, শোকওইকো, নরেংবান্দা চুমা য়েংগে সে, কদায়
হো—। (উবদা হরাওনা) হাই, সুপামচা!

নট ২—(হেন্না কন্না) ভা-ভাগবত!

নট-১—করি ত্তৌরবনো?

ভা—লৈরে। শত্রু অমু লৈরেনে। শোয়ত্রে, পদ্মিনীগী মচা শোয়ত্রে।

নট-১—পদ্মিনী হায়বদি?

নট-২—(লৈজবী থাদুনা) হো—ভা ভাগবত — —!

(ভাগবতকা নট-১ গা থংপ্রেক থংই)

ভা—কৈনো ইবুংঙো, কৈদৌরে?

নট-২—কয়া কুইরে ঐনা লাউরিসে, সুক্তা তাবিদে।

ভা—কৈনো? করি হায়গে হায়বনো?

নট-২—ঐগী মরূপসিদা শগোল মমায় পানবা উরুবদগী ঐসি পাথৎলে
হায়না তম্বিখিদায়নে। মমায় মকোকতা নত্তেরে মনাকোংদগীনা
মমৈ ফাওবা পুরা শগোল—

(মহুংদগী 'জনগণমন'গী অহমত্তবা পরেং শকপা তাই)

নট-২—তো, তো, লাকএ।

(লোয়না পূরূপ য়েংখি। শগোলনা ঈশৈ শক্তুনা চত্তকই)

হয়—তব করু নারুন রাগে
নিদ্রিত ভারত জাগে
তব চরনেনত মাথা
জয় জয় হে জয় রাজেশ্বর—
(মতাংসিদা থংলেপ লেপ্লি, মরাম্‌ উবদা)—আ-ই-মা-মা ; ফজৈ, নীং-
থিজৈ—ফজরে—কনা, ও ভাগবতবাবু, লীলা' মপুমু ; ময়াম—
মুংঙাইবিরিকো?

ভা—কনা—হয়বদন ?

হয়—কনা ওইনি ; হয়বদননি ।

ভা—অদ—ভৌরিম্মি—

নট-২—শগোলসিগা খঙনবিব্রো ?

হয়—(কয়া নোক্লগা) থাইনৈ মরূপ অরিবীনি, অরিবী।

নট-২—(নোক্লগা) ভীর্থ চৎমিন্নবা মরূপ ?

হয়—অহ্নগা খোঙম্নুরোই—কেন্নো ট্রেঙলসাতি নত্তেকো।

(পুন্নমক কয়া নোকই। অঙাংহুন্ন খুবাক খু-হুনা নোকই)

অঙাং—আ…আ—শগোল মোকএ, শগোল নোকএ।

নট-১—আই ! (হয়াওদ্না চোংবা) অঙাং মোকএ, অঙাং মোকএ।

হয়—(শাউজিন্নরগা) কৈনো ইবুংঙো ! নঙনা নোকপদি য়ায়গা ঐদি করিগী নোকওই।

(অঙাং অমুকা হেন্না নোকই)

ভা—য়ারৌহ্ন হয় বাবু ! পদ্মিনীগী মচানি !

হয়—পদ্মিনী হায়রবদি কনা ?

ভা—নঙ খঙদবা। মপা-মমা লৈজত্রবা লমজানি। ওহ্নোকপনি 'ন্নক কুইবসি অমুক্তম্নু নোক্তে, কপ্তে। য়াম্নু ঙাংদে, লানম্নু ঙাংদে। ঙসিদি নঙনা নোকহল্লে। তশেংনা হায়রবদা ঙসিদি নঙ পুন্যগী থবক অমা তৌরে।

হয়—ও ! অহ্নদি য়ায়া হুংঙাইবা য়ানিদনা। য়াম করে !

ভা—অহ্ন নঙনা চৎখিবহ্ন মী পুমওই ওইনবনি হায়দনা চৎখিদায়নে। কৈদোরে অসিদি ?

হয়—য়াম' শাংল্রে। শল্লপ্না হায়রবদা, ন্নুম চৎখিবনা কালিমাইগী মন্দির য়োরে। থাঙ অমা লৈরম্মি। তাপ খুল্লগা ঙক অসিদা ময়ানা নম্মগা লাউরুই—দেবী ইমা ইবেম্মা, চানবিয়ু, পেনবিয়ু, নত্রগদি ইঙক অসি ককথতুনা নখোঙদা থাধরনি।

ভা—অ! অদৈ?

হয়—দেবী মরুং ওইনা কাওবিরে। হেক খোরকপগা থাকথরকই—কৈনো নহোর ভক্তশিংসিনা চক-চক তৌরিসিবো! নকোক অহু ককথৎচগে হায়রমু আ—কদাইরাইদনো'মা ককথৎচরু' রাক্রো! তুম্বা হেক থুগাইবসিনা! ঐনা মখোগুদা তুজহুনা হায়রুই—ইমা ঐগী কায়াৎ অসি মপুঙ ফাহনবিযু। দেবীনা করে করে কাজরো হায়বিরে অহুগা ঐবু মী ওইনা মপুঙ ফাহনবিয় হায়বা নংত্রিঙৈদা হকাম লাওনা চল্লমগা থাই মাঙথোকক্রে। ঐনা শগোল মপুম ওইহৌরে।

নট-২—ও! ওহোকইদা!

হয়—কৈদৌনা ওহোকউদগে মরূপ? দেবীনা তৌবিরম্মিসি করে—রাম করে। শগোল ওইবগী হুংঙাইবসি মরাম্মা কদায়দৈ থঙগদগে! পুঙতোপ তোপ্পা মহুংঙাইনি। (ভাইহাক লেপ্পগা) অহুদা হুং-ঙাইত্রিবদি—

ভা—করিনো?

হয়—করি হায়নবু হায়সিগে ভাগবত বাবু? শগোল মপুমদি ওইরে। অহুগা লোল্লিবা মীরোল অসিদংদি লোয়রং শীংখোঙ ওইনা লৈরি। চরম অসিদা নপশিনগ্রদৌনা লৈক্রে। মীওইবৈ মরোল অসিমতুং লৈরিমথৈদি কায়াৎ মপুঙ কাবা হায়বহু ওইবা রারোই-দৌরি। করম্না নানথোকপা রাগদোগে ভাগবতজী? কমদৌসিগে?

ভা—ঐদি খোইদোকপা থঙদে হয় বাবু।

হয়—অহুননি ঐনা অথঙবা—অভাবা লৈবাক নীংবগী ঈশৈ অরৈবমথৈ খোনাউ শেগাক-শেগাক শেগাইমথৈ শকুনা চৎলিসে। রাষ্ট্রগীত অসিমু অপুম্না শকঅবদি খোনাউ অসি গোরো-গোয়ো লাউ-রকই হায়নৈ। কম্না হোৎনজরি। রাষ্ট্রগীতকী কৃপাদগী খোন অসিমতুং পুমশি শিগ্রবদিকো হায়দনা হোৎনবা লেপাত্র।

লাইবক অসিনা—কত্তবনিনা নীংবা ইথুং থুংদে। (হিক হিক কপথোরকই)

অঙাং—অচ্চা! অচ্চা! কপকনু শগোল, কপকনু। কৈদৌ কপ্পি?

হয়—কপ্লোই! চুম্মি মানা হায়বা য়ানীংই। কপ্পগা খোন শিথরকদৌ' কৈনু লৈতে।

অ—অঙাওবা, কপকনু। নোকউ। নঙনা নোকপা য়াম' নুংঙাই।

হয়—(মপি তৈথোরগা) কৈ, কপ্পবোই। অহুগা হোৎনবদি তোকওই। লাউ ইবুংঙো, ইবানি 'জনগণমন' শকশি।

অ—ঐদি হৈতে।

ভা—অঙাংদবু কনানা তশ্বিরুরদগে? উমংদা চাউবনি।

হয়—করম্বা ঈশৈদি কায়? ঈশৈ অমা শমউ, ঐঙোন্দা তোংহল্লগা কোয়পু পুবিগে য়াবরা?

অ—য়াই।

হয়—অহুদি শক-ও। তোংঙো, সে কাথৎলো।

(অঙাংনা লাইথী নটতা শীরে। ভাগবতনা অঙাংবু শগোন্দা থাদত্তনা তোংহল্লি।)

অ—(হৈনীংনা) হৈ··· হৈ ·· হৈ···

হয়—হ! অহুমহাইনা য়াদে। শকথো অহুগা চেনগে।

ভা—শকও শকও ইবুংঙো।

(অঙাংনা ঈশৈ শকই। হয়বদননা কোয়না চেল্লি)

অ—(শকপা)

লাকলো লাউনে কনানো

করি লমদৈ লাকপনো,

(পদ্মিনীনা মচা তবদা শকখিবহু শকই। ঈশৈ লোইবগী অহুদা শগোল ভাগবতকী মনাক্তা লেপ্লি)

হয়—(চীংলেম্না) ভাগবত্ত রাবু।

ভা—কৈদৌগিদগে।

হয়—অঙকপা ঈশৈনি। শগোল ভোংবা নুপাসি শিগ্রগুম্বা মাল্লি, নৎত্রা?

ভা—মাল্লি।

হয়—অঙাং অসিদা অয়াবগী ঈশৈ অসি কনানদি ভম্বিরিবা?

অ— ইমানা।

ভা—ঈশৈবু কৈদৌয়ে'গে হয় বাবু। অশেংবা নীংথিবা হায়বছুদি অঙাংগী লৌথুপ লোকোয় লৈত্রবা মীনোক্তা য়াওরি। নুংঙাই-ভবগী করিগুম্বা মমি অমফাও ভাদে।

হয়—ও! অছুবো?

ভা—খল্লু নঙম্নু, অপিশকশিংগী মীনোক্তা যাওরিবা ওখোক্লা শেংগ্রবা কজবা অমা উরিবসে মকম কদায়দা লৈরমদগে?

হয়—য়ারোহ্নু ভাগবত বাবু, মছুগী য়াকমছু ঐ য়াজনীংদে। পিরাংলক্তা লুপশিনগ্রবা য়াথল অছুদনি ঐখোয়' ভারতকী সাহিত্যনা ভারত প্রজাগী পুন্সিনা মাঙথগ্রিবসে। মদৈনি ঐখোয়না নাম্বোকুনা চেনগ্রবা, পলায়নবাদী ওইখ্রিবসে; অছুবু অদোমনা হায়বির-বনিনা—য়া'দি ময়াজগে। ইবুংঙো ঈশৈ অমগা শকউ।

অ— হৈত্রে।

হয়—ফরে ফরে, অছুদি হৌজিক্কীছু অমুক্তা শকখো। অমুক্তা কোয়না চেনগে।

অ— ভল্লি, অছুদি নঙ অমুক্তা নোকখো।

হয়—নোকখোরো? কৈ কৈ, নোকে'সে। (নোকে লাক্লৈ) হি… হি… হি… হ!য়াদেবো। নোকউ হায়দনা হায়রগা নোকপসি য়াদে। য়াম লুনা থোকই।

অ— (শাক্লেনা ফুবগী অভিনয় ভৌই) নোকউ—নোকউ—নোকখো।

হয়—করে করে। অমুকা য়াব্রা য়েংগে। হি…হি… (ভপ্না ভপ্না নোক-লবদগী শগোল খোংবগী মওংদা তায়কই)

ময়াম—আইমা! কৈনেগেসিদি?

ভা—হয়রদন! হয় বাবু!

হয়—হি… হি ‥ —

(ব্রা ভাংজ শগোল খোংদৌ ভৌয়ে। হয়রদন হয়াওনা চোংই)

ভা—হয় বাবু ভপ্না ভৌ। ভপ্না অঙাং তানিকো।

(হয়রদননা শগোল খোঙও খোঙদনা চৈজদা কোয়না জেরি'। অঙানবা ওসাইগী ঈশৈ অদু শক-শক্তুনা শগোল থোই)

ভা—মত্তৌ অম্বুম তৌনা মমৈদদি হয়রদনগী মীওই লালুপ চাদবা হকচাং কায়াৎ মপুঙ কাখি। (নটশিংদা) নবানি চৎলো, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যা-সাগরদা, নঙগী মাইকৈম্বুনা জয় তৌবা ওম্ববা নম্বুহুপাদো শগোল অঙৌবা অমা ভোংগা লাকহৌবে হায়না ও ম্মুয়ো।

নট-২—লাইথীশিংসিদি?

ভা—লংশেকখ্রো। লোয়রেদনা, কাম্রত্রে।

(নট লাইথী পূরগা চঙখি)

ভা—শাম্বু কোকলেনগী মগুণ থাবগী লোয়বা নাইদে। ইবুংঙো মহাক্তি অনৌং অনৌংবত্থু থুংহনবিবনি। মপুনা মম্বু ফংজরে; মপুনা হয়াওনা নোকচরে অত্থুগা শগোলনহিনাইবু শিং—হে—। অপান-অথিং পুম্নমক থাই মাঙহনবিবা মহাকী মগুণ কনানা শীংথারুবা ওমগনি? হয়রদন বাবু, ঙাইখো, জগোয় অত্থু অমুক্তা লেপথিসি। লাউ মাঙলোমদা থরা চঙশিনসি। ঐখোয়গী লীলাসি লোইরে। হৌজিক্তি ঐখোয় লোয়না পুম্নগা পুম্নমকী মপী-মপা ওইবিরিবা মহাকপু পুনেমজরসি। (হয়রদন চঙশিনকই। অঙাং থাংথৈ। চিতা মেকপা কিজঙ লোথোকপদা কপিল, দেবদত্ত অমদি পদ্মিনী থোরুকই; পন্থং শানা লেপ্পি। মথুং লোৎরে। ঈশৈ শকই)

হে তাইবং মপু অসুপ্পা
থৌজালগী ঈপাক ওইরিবা
হৈখবিয় অমগী মোংলেন
সাহিত্য-মালেম শিন্দুংনা
চেন্নহনবিয় লেপ্তুনা
কাব্য-শাস্ত্রগী ঈচেলবু
মীচমগী অঙম-অথোগী
থোন্নম মহৈ য়ানহনবিয়ু
নীংশমগী মীহুৎ থুদিংদা
লৌশিং থোনা পীনবিয়

(কীজঙ)

লোইরবা

**অইবা—**

এলাংবম দীনমনি, (পোকপা ১৪ । ১২ । ৪০)

এম, এ, ; হিন্দী শিক্ষণ পারংগত,

পিএইচ, ডি, ( এলাহাবাদ ) ।

ওজা, মণিপুরী বিভাগ মণিপুর য়ুনিবর্সিটী, কাঞ্চীপুর ।

**মনা—**

সাহিত্য একাদমী মনা ( ১৯৮২ )

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী মনা

( সাহিত্যগী-১৯৮৫ )

## ফোংদোকলবা লাইরিকশিং

**ৱারীমচা—**

- থরুবী ( ১৯৭০ )
- মোরাখী অঙাওবী ( ১৯৭৪ )
- তেম্থংবৈ ( ১৯৭৭ )
- পিষ্টোল অমা কুন্দাবৈ অমা ( ১৯৮১ )
  ( ১৯৮২ দা সাহিত্য একাদমীনা মনা )
- ইমৈসু তোরাম্বনি হঙ্ হঙ্ ( ১৯৮৩ )
  ( ১৯৮৫ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা মনা )
- মন্ত্র তন্ত্র তন্ত্র ( ১৯৮৬ )
- লাইরেল মরীথোং ( ১৯৯১ )

**সাহিত্য নৈনবা—**

- মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার ( ১৯৬৬ )
- খাইরাকপম চাউবা ( ১৯৭২ )
- ডাঃ কমল ( ১৯৭৬ )
- ডাঃ কমল : পুন্সি অমসুং সাহিত্য ( ১৯৮২ )
- অঙাংহল : সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতি (১৯৯২)

**শৈরেং—**

- ঈচৈ মাইনৱবা ( ১৯৭২ )
- মুবিরি ( ১৯৮৭ )

**হন্দোকপা—**

- ত্যাগ পত্র ( ১৯৭০—উপন্যাস )
- নবম যুগ ( ১৯৮৫—লীলা )
- হয়বদন (১৯৯২—লীলা)



# গিরীশ কারনাড

১৯৩৮ দা মহারাষ্ট্রদা পোকই। ড্রামা অমসুং থিয়েটরদা থবাক য়াওরকই। মরেক শেংনা মায় পাক্লবা লীলা ইবা, লীলা পুথোকপা অমসুং ফিরেক্ট তৌবা তোঙাম্বা মফম লৈরবা কলাকারনি। ওক্সফোর্ড য়ুনিবর্সিটী প্রেস, মদ্রাসদা এসিষ্টেন্ট মেনেজর অমসুং মেনেজর ওইরম্মী। ফিল্ম এণ্ড টি.ভি. ইনষ্টিট্যুট, পুনেদা ডাইরেক্টর ওইনা থবক তৌরম্মী। হৌজিক হৌজিক সংগীত নাটক একাদমী দিল্লীগী চেয়রমেন ওইরি। মপান লৈবাক্কী য়ুনিবর্সিটীশিংগা মহৈ-মশিংগী লমদা মরী লৈনৈ। ভারতকী লীলাগী মচেলদা তোঙাম্বা মফম ফংলবা, কোন্নবা লীলাশিংদি—য়য়াতি (১৯৬১), তুঘ্লক ('৬৪), হয়বদন ('৭১), অনজুমল্লিগে ('৭৭), হিত্তিনা হুনজা ('৮০)। লীলাগী লমদা সংগীত নাটক একাদমী মনা য়াওনা মনা কয়ামরুম ফংলবা কলাকারনি।